অহানবা পুথোকপা
৭ জুলাই ১৯৭৮

ফংফম
মণিপুর ষ্টুডেন্ট্স্ এম্পোরিয়ম
পাউনা বাজার রোড
ইম্ফাল

মমল লুপা তরামঙা




মখুমগী শিল্পী
থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মনুংগী শিল্পী
মুকুন্দ দেবনাথ

ফোঙবা
রাহেংবম পদ্মাবতী দেবী
রাহেংবম লৈকাই
ইম্ফাল

নম্বা
কোয়জম অচৌবী সিংহ
দি ফ্রেণ্ড্স্ ইয়ুনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল

অনীশুবা শৈফম

লৈরম্মীদো ঈচেল পূম্বসে
ফজবগী মনুংদা অমতা ওইনা তিন্নুনা
অহানবা অযূক্কা লাক্লিডৈ
মতম নঙনা
ওন্নৈতেনবা অনীগী শক্তম লৌদ্রিডৈ
পুন্সিগী ঈচেম্মা চেন্দ্রিডৈ ।—

অদুবু ওন্নৈতেনবনা তিন্দুনা শেম্লবা
নঙগী শাইওন খুদিঙদা
লৈরেদো চাইদুনা
মূক্লবা চায়নবা অকিবা অথূকপনা ।

অসিরা মতম নঙগী কবিতা
থম্বালগী বন মনুংদা শারিবা
লাইরেনগী মকোল,
ঈংলবা লাইজনুংদা লোৎলিবা
মৈগী মপৈ,
মণিমুক্তাগী লনগৈ মরক্তা য়ৈরিবা
চাকনিবীগী চৈনাখোন,
ময়াইচেন্না মেঙলবা মালঙগী শহুমদা
নীংবা কায়না কোয়ঙাওনরিবা
নাইতোম তারবা অকেনবা লৈ-না—
অসিরা মতম নঙগী শৈরোল
তাইবঙবীণাদা নিল্লিবা
ফজবগী মনুংদা ফজবগা তায়োন্নরিবা ?

## বসন্তগী বাঁশী

বসন্ত ঐগী পুক্নীং লৈকোন্দসু
শাৎলিদো অসিগুম্না কবিতা
লাইরেনগুম্না মহূচাউরবা
মৈগুম্না চাকথেকপা ওম্লবা
অকেনবা লৈনাগুম্না নীংবা কায়রবা।—
বসন্ত ঐগী নুংঙাইমঙলান্দসু
অরাবগী অওইবা থোদোক কয়ানা
মীৎকী পিরাঙ ওইনা শিন্থরক্কুনা
ঈহৌহল্লিদো
রারবা পুক্নীংগী শক্লোল কয়া।
অদুগা অমুকসু য়াকায়হল্লিদো
বসন্ত ঐগী চাক্লবা থম্মোইদা
নুংশিবগী তিম্নবগী নুংঙাই-ঈহৌ কয়া
ফজবগী অথুম্বগী ঈংলবা শক্কম কয়া।

চেম্থরিদো অদুনা লেপ্পা লৈতনা
পুন্সিগী ফজরবা ঈচেল মনুংদা
অরা-নুংঙাই কায়ন-তিম্নবগী
নুংশি-মীচান কল্লক-য়েংথীবগী
ওম্নতৈনবা ঈচেল।
বসন্ত ঐগী বাঁশীগী শৈরোলদা
ঈহৌরি অদুনা শাবীশানৌগী নুংশি-থম্মোই
পুন্সিগী চাংজো পানা থুম্নাৎলবা
যৌবনগী ঈচাওগা লোয়ননা
অরাবগী তেংথাথোন মরক্তা

অনীশুবা শৈফম

নুংঙাইবগী মীনোক্না
তূফাং খপ্লদুনা।

হে মতম! শক্লিদো অদুনা বসন্ত ঐনা
তোর্বান অনীগী হৌরকফমদা
লোইবনাইদবা স্বর
ফজবগী মথক্তা ফজবা চাইথদুনা
নুংশিবগী মথক্তা নুংশিবা খীকথদুনা
অথুম্বগী মথক্তা অথুম্বা হৈথদুনা
খোংলি বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
মতম নঙগী বীণাগা তিন্ননা।

অদুবু ঈখৌলাংবতনা ইশিঞ্জাং ওইরবা
বসন্তনি ঐদি পেনবনাইদ্রবা—
মতম নঙগী খোনবাংবসিতনা
মূৎপা ঙমদ্রে ঐগী খৌরাংবা।
পেনবহৈদ্রবা ঐগী থম্মোইসে
নৈথায়দুনা অমুক্তদি
শুমদোকপিয়ুনে অথুম্বমখৈ
তোর্বান অনীগী মরক্তা চেল্লিবা
ফজবগী ঈচেলসিগা
অমতা ওইনা চেনখিনবা—
হাংদোকপিয়ুনে ঐঙোন্দা অমুক্তদি
ওন্নতৈনবা অনীগী থম্মোই,
উজগে শেংনা ঐগী মীৎসিনা—

## বসন্তগী বাঁশী

লৈশেমকোনগী মনুংদা
ফজথোইরবা খূৎশেম
নিপা নুপী অনৌগী থম্মোই—
কায়ন-তিন্নবা অনৌগী মরক্তা
অথুম্বগী ঈচেম্না ঈহৌহল্লিবা
থুম্লবা থম্মোই—
লৈদগী হেন্না নৌরবা
লৈহৌদগী হেন্না থুম্লবা
ওন্নতৈনবা অনৌগী নুংশি-থম্মোই।—
হে মত্তম! চিংথোকপিরোনে ঐগী থম্মোইসে
ঐগী শক্তিবা ঈশৈ পূম্বগা লোয়ননা
তিনখিনবা অমতা ওইনা
ওন্নতৈনবা অনৌগী লূরবা শেংলবা ঈচেন্দা
ঈখৌলাংলবা পেনবহৈত্রবা
লাওতক্লরবা ঐগী থম্মোইসে।

# ৱাহৈগী ৱাংমদা

সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা
লুম্ন লেম্ন ঙংলিবা ঈরাওখোল অসে
মালেম ইমাগী অহানবা খোঞ্জেল্লিদো—
মীওইবগী পুক্নীং থম্মোইনা লাক্লিরৈ
নৈলেশেম-চাইগোয়নুংসিদা,
তিংথৌ পুংফাই চরোৎ ইমোম
উকোল ৱাকোল লৈকোলশিংনা
ইমাগী হকচাংদা কুপত্রিরৈ।
অতুগী তুংদা কাইনথঙদা
লাকখিদো মথং মথং
খোঞ্জেল অনৌ অনৌবা—
লৌবুক লৌবুক্তা উমং উমংদা
পাং তুরেন্দা উচেক্কী মহুম মহুমদা
শাগী মকোল মকোলদা
মপান্নাইদবা মরোল পুতুনা
পুক্নীং থম্মোইনা পুন্দবা।
উপাল ৱাপাল উরী নাপীগী
অহানবা য়েনীংনা ঙাওখিবা খোঞ্জেন্দো
পাইখি মপান্নাইদবা মালঙদা,
থৱাম্মিচাক গ্রহশিংগী
ওমথৈ নাইদ্রবা লৈবাক শীন্না,
মতমগী শৈথাং শৈথাংদা
ঋতুগী শৈহেক ইন্না ইন্না

## বসন্তগী বাঁশী

শাইওন্দুনা হোংনা হোংনা,
ঈহৌহনখিদো খোন্থাং কয়া
মনীংতম্বা মরোলগী তুফাং থপ্প থপ্পতুনা,
পাইখি ঙমখৈদগী ঙমখৈদা—
চংখরি লোইবনাইদ্রবা খোঙচত্তা
মমানা মচাবু নুংশিবগী
চাংজৌ লাম্বা ফংদবগুম
লমথুংফম খঙদনা।
চঙলুরি অমুকস্ত জীব কয়াগী থম্মোইদা
মনীংতম্বা ঈশৈ কয়াগা শৈদিন্নবা,
তিন্নরুরি অমুকস্ত
কিরবা শামুলমশা নোংশা-কৈগী খোঞ্জেলগা,
শুম্মাংলুরি মীওইববু
চেক্লাগী মিরবা খোঞ্জেন্দ' তিন্দুন'
ঈশৈগী সপ্তস্বরনা মশা তরেং লোঙহন্দুনা
লোইবনাইদবা স্বরগী শাথেক উত্তুনা,
সপ্তসোকতগী হেন্না ৱাংনা
অরোইবগী বিন্দু য়োনা
অহাঙবগী লমখৈ লান্না,
নোংথক নোংথা মরোল ফাওনা
লৈথক লৈথা অনী তুনা।

অতুবু নোংমদি
য়োরকখি মালেমদা মীওইবগী পুক্নীংনা
মাগী অর্থনা পুল্লবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা।

অনীশুবা শৈকম

পুন্সিগী রাংমদা লৈরম্বা মনীংতম্বা খোঞ্জেলবু
রাখলগী চূপ্লীনা ফারবা রাহৈগী অর্থ মনুংদা
কৌশিল্লদুনা পুক্লীংনা
শেমখি ঙমথৈ নাইবা খোঞ্জেল—
শা উচেক্কী খোঞ্জেলগা
পামেল উরীগী মরোলগা
তিন্নবা য়াদবা
ইতোপ তোপ্পা মীওইবগী য়ারা—
থরান্মিচাক গ্রহশিংগী লমদমদা য়োবা ঙমদবা,
সপ্তলোকতা পাইখৎপা ঙমদবা,
পাতালগী লৈখা চঙবা ঙমদবা,
চেক্লাগী খোঞ্জেন্দা তিন্দুনা
ঈশৈগী মশাদা তোংবা ঙমদবা।
চেন্তখি মালেমসিদা
অপূনবা পুন্সিগী ঈচেল অমা
পুক্লীংগী য়ারা ফোংদোক্লদুনা,
অরাবা কয়া নংমিন্ন
নুংঙাইবা কয়া য়াওমিন্ন,
থৌরম থৌদোক কয়াদা
খৎনচৈনবা মূক্লবা
নুংশিনবা য়েংথীনবা
কয়া কয়াগী মরক্তা।

পুন্সিগী কৃম্মৈ কয়া লানফম কয়া হৌগ্রবা তুংদা
লাকখি নোংমা খঙহৌদনা কনাগুম্বগী থম্মোইদা

## বসন্তগী বাঁশী

ময়াইচেল্লবা ছন্দগী ঈহৌ অমা—
নুংশি-ঈখৌ লাংলবা থম্মোইনা
কোয়ডাওনবগুম থেংফম খঙদনা
অঙাওবা ময়াইগা লোয়ননা
মাগী থেংফম থিরকপদা—
তিন্নখি অর্থচেনবা মরোলগা,
থোকখি অঙকপা শৈরোল
তেংবানবনা অমুক্তা তাদ্রিবা খোঞ্জেল···
অর্থনা ফোঙডমদবা রাহৈগী রাংমদা লৈবা
মপান্নাইদবা খোঞ্জেল
মীওইবগী পুক্নীংনা ফংডমদবা—
থোরকখি থম্মোইগী ইতোপ তোপ্পা স্বরদা
পুন্সিগী অথূপ্পা কয়া
অচুম্বা কয়া ফজবা কয়া—
মীওইবগী মপান্নাইদবা রাহৈ
পুখৎখি সপ্তলোক রাংমদা
মনীংতম্না পাইহন্দুনা
ফজবগী লমদম অদুদা
ছন্দগী-ঈহৌ-লৈত্রবা-থম্মোইনা য়োবা ডমদবা।

অদুদগী অমুক লাকখিদো মথং মথং
নুংথং পাইজ তুলি পায়বা
শিল্পী কয়া অমসু—
জগোই ঈশৈ হৈবা কয়া
যন্ত্রথোংবা পুংয়ৈবা শিল্পী মখল কয়ানা
মীওইবগী থম্মোই-খোঞ্জেল

অনীশুবা শৈফম

চিংথোরকখি ৱাহৈগী ৱাংমদা মচুনা খুৎহল্লা—
তাল্লোয়নরবা শাথেক মীৎলৈ
সুর মখল কয়ানা।
ৱাহৈগী ৱাংমদা লৈরিবা
অথুপ্পা মপান্নাইদবা খোঞ্জেলসিনা
চিংথোক্লি মীওইবগী পুন্সিবু নোংম নোংমগী
মপুংফাবা ফজবগী অথুপ্পা লমদম অমদা।

ৱাহৈগী ৱাংমদা চত্তুনা কৌরুরবদি পুক্নীংনা
লাক্কনি পুক্নীং পুম্বা
নমথেক্তুনা লোইনা অর্থগী শম্বল্লাং
তেংবানবগী অপুনবা পুক্নীংনা লৈরিবা
বিশ্বলোক অদুদা
ছন্দগী শরীক-খোঞ্জেন্না শিল্লীশিংগী শিন্ননা
মশক তাক্লিবা লমদমদুদা।

মপুংফাদবা অর্থগী মপান্দা
মপুংফাবা অর্থনা লৈরিবা মফমদুদা
পুরসি মীওইবগী ৱাহৈসি
কবিগী থম্মোইদা ঈহৌরিবা
ছন্দগী ঈপোমদা তোংদুনা :
ঙমদবা থোক্লবদি পৃথিবীগী কবিগী ছন্দনা
মীওইবগী ৱাহৈবু মপুংফাবা অর্থ চেলহনবা,
নমথেক্তুনা অথুবা কোর মপুংফাদবা খোঞ্জেলগী
লাকখিসনু হেন্না মপুংফাবা ছন্দ অমা
মীওইবগী থম্মোইদা।

## বসন্তগী বাঁশী

ঙমদবা থোক্লবদি শিল্পীশিংগী শিল্পনা
রাহৈগী রাংমদা কৌথোকপা
ফজবগী লমদম য়োনবা—
লাকখিসনু মহাশিল্পী অমা
হেন্না মপূংফাবা শিল্পগা লোয়ননা—
ঐগী ঐগী অনীংবা পূম্বা
তেংবানপূম্বগী অনীংবগা তিন্নহনবা ঙম্বা—
মীওইবগী খোঞ্জেন্না
মপান্নাইদবা মতমগী ইনিনখোন্দা তিন্দুনা
লোইদবগী বাঁশীগা স্থর খোল্লোয়মিন্ননা
ঐগী ঐগী পুন্সিবু
বিশ্বলোকতা তিলহনবা ঙম্বা।

# থৱায়গী ঈৱায়খোন

ময়ুবা লোক্লুংদগী

নূংগী পল্লোল কয়া নমথায়না

থম্মোইগী ঈশৈ থম্মোইনা কোন

চীংনুংগী মঙল্লান মপাউ পুদুনা

ঈৱায় কন্না চেন্থৱকপা

চীংজুম-লাইজ-ঈচেলগী শৈশক্তা

মশীংনাইদবা থৱায়গী ঈচেন্না

চেন্থৱিদো লেপ্পা লৈতনা

অকনবা লাইনীংপৱৈনা পুল্লবী

নাকেন-ঋতুগী

ৱাশক চেৎনা শোনবা মল্লনা

অনৌবা থৱায় পুবা ঋতুবু

কৌজবা স্মরদা,

নোংজুথাগী ফূইনা হৌৱকপা পিরাঙনা

মহৈমৱোং চূম্লবী শরৎপু

ঙাইজৱিবাস্সিৱ অদুদা।

চেন্থৱিদো অমুকস্তু

মিৱবা থৈবতকী খোল্লীক পুদুনা—

মৱৈপাল্লবা খাম্নীমৈম্নুংদা

য়াতারিবা থম্মোই কয়ানা

কুমজা কুমলোল কয়া লোল্লবা

অরাবগী লারোল ফাক্লুনা

থাগী হৈবোং মখোঙদা

বসন্তগী বাঁশী

ইপুইবেনগী ফৌগুখোন ঙাদ্রিবৈদগী—
এডাম্ ইভ্ নুরাপাথংনা
স্বর্গগী হৈকোন্দা হৈরাং ইন্নদ্রিবৈদগী।
শাদানবগী তেঞ্জেনা
নুংশি-মৈচাক্লববা হ্বাইন্নু নহাগীদমক
পিরাঙ মরীক খরদং শিন্থরম্লগা,
তুইদ্রু শাৎনা অরাম্বা খাঙলবী
কুন্তীগী চরৈফীগাওদা
চেঙ খুয়া অমতং হাপ্পীরম্লগা
অকনবা চাংয়েংগী মৈনংনরবা
নিংথৌ হরিশচন্দ্রনা মশাইগোন শানখিদো।

অচুদগী অমুক
কুনশুবা শতাব্দীগী বিজ্ঞানগী যুগতা লাক্লগা
নোংপোকলমদমগী
লৈখাতারবা নৈহৎপিরবা
হন্না য়েংবিদ্রবা তোল্লবশিংগী
উনাগী খাংপোকশঙ—
কামকুনা শাবা
লুপ্লাবীগী লায়রশঙ য়েংলম্লগা
মহামুনি বেদব্যাসকী
কাব্যশৈরোল তানা তানা
শেক্সপিয়ার বার্ণার্ড্ শোগী
নাটাজগৎ য়ৌরক্কুনা
নিউটনগী অ্যাপেল পাম্বী মখোঙদা
ঙাক্হাক্কুং ঙারম্লগা,

অনীশুবা শৈকম

নোংচুপলমদমগী ফ্রাদলাল মরক্তা
সাহিত্যকলামন্দিরগা তাইননা লৈরিবা
খুৎলাইশঙদা মূনা অমুক্তং য়েংলম্লগা
চিকাগোগী শাহাৎকম য়োরকপদা
মরোল থোক্তবা, রাকৎপা ঙমজদ্রবা
থরায় কয়াগীদমক
কপখিদো মীৎকুপ অনীদং।
লাংবন-খোঙ্কী তৈরবা চীরোল.
লৈকংলাগী য়াক্লবা মীৎয়েংদগী থোরকপা
চিংনবা রাহংগী তুম্নবা তেঞ্জে—
পূম্নমক্কী শৈশক শৈরোল পুদুনা
চেন্থরিদো
অশোনবশিংগী অকংবা শরূমপৈ মরক্তা
লোইবনাইদবা ঈচেন্না—
মঙলৈবাক্কী লৈকোন্দগী
তাইবঙগী হৈকোল ফাওদুনা
লাক্লিবা ঋতু কয়াগী লমদম য়োনা
চোঙা তেনরা হরি তাম্নাগী
নুংশি-খোঞ্জেল শৈনিন লাং
মচু মনম মধীগী ঈথক ইপোম মরক্তা।

চেন্থরিদো অমুকস্তু
লমথেক লমখায় হোংনা
অশেংবা অরোইবা
তিন্নকম তীর্থ অমগী মায়কৈ পাংনা

## বসন্তগী বাঁশী

পুন্সিগী তাঞ্জবা পূম্বা লোইনা পুরদুনা –
হৈরাংমা
হৈরাং লৈরাংবু
নুংশিনা ঈথৌলাংনা লাঙতক্লনা ডাইজরিবা
মফম অদু তম্না,
মঙাম্না মমিবু চুপচনবা
তাম্না য়েংদুনা লৈজরিবা
মঙানগী খোঙদোয় চনফম তম্না।

অদুনা নুমিৎচুপ্পা
চুগী নুংশামপী ভবুনা হোল্লবস্থ
মতোক্তা মণিচেনবা
পুরীংগী অরাবা লাঙজল্লিন্না
ছন্দবীণাগী শৈখোন য়োংশিনগ্রবস্থ
থীকথরক্লি থৌজালগী লৈহৌদি
অতিয়াগী মালিকা ময়াম্না—
থম্মোই চিংখায়না থাঙলবা মালেমদা
অহৌংগী ঈচীক খোন্না
তূমিন তূমিন নুংশি-মীনোক্না।

অদুনা ঙসি রাংমগী মপাউনা
তোর্বানসোমদা তংপা লৈতনা
ঈহৌহল্লিদো মচুনা মনম্না
খোঞ্জেন্না ইঙ্গিৎনা
মহৌচেল্লবা থৌজালগী মীনোক্না
ঈশৈগী মহুমদা নুংশিগী শাইগোন্দা

## অনীশুবা শৈকম

পুক্লীংগী লৈকা লৈকাদা
থম্মোইগী লৈয়োল লৈয়োন্দা—
অরাবগী শক্তমদা নুংঙাইবগী শাইওন্দা
ফজবগী শক্লোল কয়া পুদুনা।

নূংনা চনবা তাইবঙ-লমশাঙদা
নুংশিহৈত্রবা মতমগী কাংখোঙ
লয়রবস্থ লেপ্তুনা,
অরাবগী নুংশাস্বর মরক্তা
থোজালগী ঈংলবা মঙাম্না
পীরিদো লমজীং
য়োবা নাইদবা পম্থুং অমদা—
লেঙদবা উরোংবু অহীংবা হিরেন ওই'
লেপ্পা নাইদ্রবা ঈচেন্দা তাউথহন্দুনা।

অদুনা ঙসি ফংলি তাবা
পম্থুং নাইদবা তাইবঙসিদা
লোইবনাইদবা খোঙচৎকী লালাউ;
তমসাতুরেল-তোর্বান্দা
নুংশিখঙদবা শাদানবনা
রাইনুনহা অমোপ্পু
কায়নমৈঙৌনহনবগী নুংশি-রারী
লুপথ্রবস্থ মতমগী ঈনুংদা
উৎলিদো জগোইগী শাথেক
ছন্দশিল্পীগী খোঞ্জেন্দা।

# বসন্তগী বাঁশী

মতমহুদ পোকখিবা ছন্দগী ঈহৌদি—
কাউদ্রি হৌজিকস্থ রাইনুগী মৈচাক্তো,
লৈরি মীওইবগী থম্মোইদা মূৎপা নাইদনা।

অহুনা কাউগ্রবস্থ ওসিগী থৌদোক কয়াবু
লৈহৌগনিদো তুংগী খোঞ্জেল ওই'
লোইদবগী স্থরদা তিন্দুনা—
কূমসিগী লৈরাংনা নোংমৈগী ~~লৈরাং~~ হৈরাঙ ওই'
শক্লাক্ত মিংনাইদনা মাওগ্রবস্থ মপান্না।

পুরকখিগদ্রা অহুদি
লমচৎনাইদ্রবা মীওইবসমাজনা
মপূংফাবা সভ্যতাগী থূপচফম
অনৌবা সনাগী যুগ অমা,—
চরামচদংনবগী নাহেখোন্না
নিল্লবা মালেমসিদা
দধীচি কর্ণ শিবিনা ওইরখিগদ্রা নাগরিক?

বসন্তগী থাবল খাওবা ওমদবা
মকুনা থল্লবা সমাজসিদা
খোংলখিগদরা বসন্তগী কোকিল—
মীওইবসমাজগী থম্বায় পুন্নিবা
সভ্যতাগী শক্তিবু য়োৎকে থৌরাংলিবা
তাইবঙ-উমংসিদা
শান্নরখিগদ্রা সভ্যতাগী শক্তিনা
মনীংতম্না অকিবা লৈতনা?

# অনীশুবা শৈফম

ছন্দনাইবা পুন্সিবু

ছন্দগী মপান্দা কৌথোক্লুনা
ছন্দনাইবগী শক্তমদা
পুন্সিগী লাইয়ুম য়েক্লিবা
ছন্দ নামুংনবা
মুগকী খোঞ্জেল পুবা কনানো
মীৎয়েং শোইনাইনা য়েংল্লিবা—
চৎলি পৃথিবীদি
ছন্দগী তানখোঙনা নেত্তুনা
মতমগী কাংখোঙগা তাল্লোয়ননা—
লোইদবগী বাঁশীনা
অরোইবগী তৌদ্রী-খোঞ্জেলগা তিন্ননা
শক্লিবা রাগিণী ইন্দুনা
পন্থুংনাইদবা অভিসারগী খোঙচত্তা
শৈথাং কয়া য়ৈনা কুম্লাং কয়া ওন্না—
চৎলি মতম পূম্নমক্কী
ফজবা অমগী মন্নুংদা
মতগী শক্লোলতনা শেম্বা,
অশেংবা শেংদবা, অচুম্বা চুমদবা,
অকেনবা কেন্দবা পূম্নমক্কা তিল্লবা,
লাক্লিবা ঋতুপূম্বনা তিন্ননা লৈরিবা।

তাউথরি অদুনা মীওইবগী পুন্সিনা
লোইবনাইদবা ঈচেন্দা
জয়গী পরেং লেংনা লেংনা

## বসন্তগী বাঁশী

লাক্লিবা মতমগী ওকশমদা হূক্রুনবা
মপুগী ছন্দবীণাগী ঝংকারগা তাল্লোয়ননা
হৌখ্রবা লাক্লিবা
ঋতু পূম্নমক্কী শৈরোললনা তিল্লবা,
অহানবা অয়ূক্কী ঈশৈনা
অরোইবা নুমিৎকী
কায়নরমদাই ভৈরবীগা তিন্নলা নিল্লিবা।

## অহুমশুবা শৈফম

## ( ঋতুগী কুম্মৈদা )

# বসন্তগী শৈশিন

॥ ১ ॥

হৈনম-লৈনম য়োম্লবা সনাফীগে থোল্লিবী
শালু ঙাংশং অশংবা হঙ্গাম-মপান উতোংলৈ
চৃহৈ্-মপান চিগোংলৈ মচুগী নাচোম হৎলবা
চরৈ নমখাঙ লৈতেংবী পোমশাৎনবী নূরাগুম
শাইগী শাইনোন হাইদুনা লেঙক্লে বসন্ত ঋতুনা
ময়াই কারবা মালঙদা
লৈরাং পামেল খুদিঙগী থম্মোই চীরু থিনগায়না।

লৈকা লৈয়োল মনুংদা লোনশাৎননা লৈরিবী
অথুম্বা খোম্মীৎ কারবী নুজাগী থম্মোই-লৈহীবু
ঙমজনা থুম্লবা মপাউখোন নিল্লরেনে মালেমদা,
হকচাংগী শাথেক খুদিঙদা য়েংউনে খীকথরক্লিবা—
কংলবা তাইবঙ-লৈকোন্দা ময়োল্ চোংলিবা থরায়সে
শংলেনে ঙাঙলেনে
নীংথিজরে নৌজরে মালেম্মু নুংশিনা কোঞ্জরে।

ঙসি বসন্ত ঋতুগী চরৈ ফীগাওনুংদগী
বীণা চামা-চামগী রাগিণী শৈরোল কয়ানা
পাইথোরক্লে থেরু-নৌনা মশা ফল্ল-ফল্লদুনা,

## বসন্তগী বাঁশী

চাইথোরক্লে খুজোক খুজোক অমেঙবা-অনৌবা
নুংশিবা-অথুম্বা, য়ৌরক্লে নুজাগী চৌনবান্দা
থোয়রুম মোমোন মীনোক কয়া—
চৌনবান-থোইহী ঈহৌনা নুংশি-খোঞ্জেল য়াকায়রে।

পামেল্ উনা উনাদা লৈরাং লৈকা লৈকাদা
ইরক্লে মীৎম্না-লাইজনা যৌবনগী রারবা নুংশি-রারী
মীকপ্ মীনোক্ থুম্নবা পুন্সিগী শৈরোল কয়াবু—
উর্মিলাগী কায়ন-মৈচাক বিষ্ণুপ্রিয়াগী নুংশি-ঈহৌ
বসন্ত নঙগী শৈরোলদা তারে ঙসি নৌহৌনা,
থম্মোই পাম্বা কবিনা
পারক্লে ময়েক খুদিঙমক নুজাগী থম্মোইদা ইরিবা।

॥ ২ ॥

মালেমগী পাক্লবা শূমাঙদা ঋতুগী শৈশিন কায়দনা
শক্লোল পুবী ফজবী ছন্দগী খোঙজি খীংদুনা
ফজবগী মপাউখোন মায়কৈ শীন্না য়েল্লরে,
ওইঙমদবা মপুংফাবা মাগী খোঞ্জেল-ইনিনগী
নুংশি-খোন্থাং অথুম্বা মালেম-ইংখোল লৈকোয়নুং
চাংজো পানা ঈহৌনা
রাংমগী খোঞ্জেল য়ররে কংলুরবা লমদমদা।

বসন্ত মাগী চৌনবান্না তিম্নবগী নুংশি-বাঁশী
খোংলক্লেনে মপাউখোন মালেম-খোঙজীন রাংমদা,
লৈহৌরিবা নুংশিবগী,—ঙসিফাওবা মালেম্নদি
তাবা কোবা লৈতরিদে বসন্তগী বাঁশী-খোঞ্জেল,

তিন্নবগী ঋতুসিদা কায়নবগী মৈশা লাংনা
ঐগী ঐগী পুক্নীং থম্মোই
চেংনা কোনশিন্নরদুনা লৈনরিদো তুমখুন তান্না।

খোংবিয়ুনে হে বসন্ত নুংশি-শৈরোল অথুম্বা
মালেম-থম্মোই হাংদুনা, চিংথোকপিরো নুংশি-থম্মোই
নঙগী মন্ত্র-ময়াইনা চংক্লনবিরো মালেম পুম্বা
তিন্নবগী শৈনিল লাংনা লোইবনাইদবা লম্বীদা,
য়ৌরক্তরি ঙসিফাওবা পুন্সি-লৈকোল মনুংসিদা—
কুহু খোঞ্জেল অথুম্বদু
শৈনিন্দরি হৌজিকফাওবা নঙগী বাঁশী-খোঞ্জেন্দুনা।
মীওই-পুন্সি-কুঞ্জসিদা লেঙবিরক্লোনে বসন্ত!
নুংশি-ময়োল চোংদ্রবা পুক্নীং-লৈকোন্নুংসিদা
খোমলেন তুমখুন তাল্লিবা মালেম-তাইবঙ-থম্মোইদা
খোংহনবিরো নোয়না নোয়না কোকিল নহা খোন্নোবা।
কুহু-কুহু-কুহু কুহু-কুহু খোঞ্জেন্না
ছন্দ কায়রবা পুন্সিদা
নিলহনবিরো ইনিলনা তাইবঙ-চাংজো পানবা।

॥ ৩ ॥

বসন্তগী মপুংম্বায়দা থম্মোই-পাত্র পাথোকচনা
লৈহী অথেন্নরক্লবী থাবোম হৈমুন্নজরবী
নুজাশিংগী নাপ্প চাক্ল নুজা-লৈহা-পাম্বশিংনা
মরম লৈতবা নুংশি-ব্রান্নী শাজরিদো লাওতক্লনা,—
নুংশি-লৈপুন-য়াতাফমদা য়াতাজরি অহীং চুপ্পা

# বসন্তগী বাঁশী

নুংশি-খোয়মুন্নজদুনা
তুথজরি মীৎস্না অনী ইকাইথীবী শানৌশিংনা।

মহৌশাগী মশাইগোন্দা ওলাঙথাবু ঙাইজরিবী
বসন্তনা কাইহৌজরি কায়নরমদাই রাগিণীনা
অপুনবা থম্মোই মীওইবগী মপুংফানা শাৎকায়নবা
ছন্দ-চেনবী মহৌশাগী নুংশি-লৈপুন ওইননবা,—
মীওইবগী পুন্সিসিনা মপুংফানা মথোক কাবা
ঙাইজরিবী মহৌশাগী
লৈকোন্নুংদা খোঙদাদুনা কাইহৌজরি কুমগাংদনা।

লৈশেম-চক্র মনুংসিদা তাইবঙ-খোঙচৎ ইঞ্জরিবা
অপুনবা মীওই-পুন্সিনা মপুংফাবগী মায়কৈদা
লেপ্লরিদো পাংজবদি লোম্নাইদবা লম্বীসিদা,—
অনৌ-অনৌবা শকুমদা বসন্ত কয়া লাক্লুনা
তিন্নবগী নুংশি-শৈরোল শকথরবা মালেমসিদা
ছন্দ-চেনবী মহৌশাবু
ঙমদরিদো নুংশিজবা ছন্দ-কায়বা পুন্সিসিনা।

বসন্ত-শৈশিন লোইরক্লে খোংলরোইদো নুংশি-বাঁশী
কুমওন অমা শাক্লিফাও মালেম-শূমাঙ অসিদা।
ওলাঙ থানা শৈশিন্দ্রিঙৈ খোংবিরম্মু শৈরোল শুনা
অপুনবা পুন্সিগী যৌবন য়োঁরক্লবা মালেমথক্তা,
মহৌশাগী য়াইবীকোন্দা লাইপোক-মীওই শাক্লিফাওবা
খোংবিয়ুনে নঙগী বাঁশী—
পীনবিরো রাগিণীদো য়াকায়নবা নুংশি-থম্মোই।

# কুঞ্জগী চেক্লাদি পাইরক্তরে

॥ ১ ॥

শ্যামগী বাঁশী মপাউখোল
মরোল অহুম শুক্ষৎপা
নিনখিদরে যৌবন লৈকোল
মীংকী লাইজনা থল্লবা।
কৃষ্ণপ্রেমতনা হয়রবী
রাধা ঐগী থম্মোইদা
লৈহৌরে নুংশি-ঈহৌদি
খকপা কংবা নাইদনা।
ঈংলবা থাজ-মঙান্দা
শাংকায়রে যাতী মালতী
মোমোন মোমোন কেনা নৌনা
হাংদোরক্লে লৈরাং-থম্মোই।
লৈহৌগী খুদোন্দি কচ্চরক্লে
কুঞ্জগী চেক্লাদি পাইরক্তরে—
হংজরি ননাই ভক্তনা
থাডগনি রাধে করম্না?

॥ ২ ॥

ঈচীকখোনবা অহীং তাংলৌ!
তাজহৌনে নুংশি-ঈহৌ

## বসন্তগী বাঁশী

থাঙভমদনা হৌরক্লিবা
রাধা ঐগী থম্মোইনুংদা।
বৃন্দাবনগী রাসমণ্ডল!
কাউরবরা খোঞ্জেল অদো
ময়েক অনীতগী শৈরোল
মূরলীনা খোংখিবদো?
ঐগী পুন্সি-পূর্ত্রীনুংগী
নুংশি-লাইজ-ঈয়ায়সিদা
শাচ্চরিবা যৌবন-থম্বাল
তারবরা অরেম্বদা?
যৌবনগী থম্বালদি শাচ্চরক্লে
কুঞ্জগী চেক্লাদি পাইরক্তরে—
হংজরি ননাই ভক্তনা
থাভগনি রাধে করম্না?

## ॥ ৩ ॥

ঈখৌলাংলবা পুন্সিসিনা
রাধাগী খোঞ্জেন্দা তিপ্পত্রুনা
কৌজগেনে কুঞ্জগী চেক্লা
থিজগেনে থম্মোই চাক্লা।
তিন্নবগী লৌনমলাংদা
কায়নবগী নুংশি-ঈহৌ
হৌহল্লিবা নঙগী লমদম
পাংজগেনে পুক্লীংসিনা।

অহুমশুবা শৈফম

ঈকাই হঙ্গোই চূপ্পী পুম্বা
থদত্তুনা থিজ্জরগে
খোংবিরক্লো নঙগী বাঁশী
তিঞ্জরগে নুংশিথোইবা।
তাইবঙ ঈরান্না কৌজরক্লে
কুঞ্জগী চেক্লাদি পাইরক্তরে—
হংজরি ননাই ভক্তনা
খাঙগনি রাধে করম্না?

॥ ৪ ॥

চেক্লা মাস্ত ডাইজরিদো
নুংশিবাগী নুংশিলৈরেং
পুন্সিচৃপ্পা লেংজরকপা
নুংশি-লৈপুন কুন্দো-পরেং।
পুন্সিসিনা পম্থুংফম্থ
ফংজনবা তাঞ্জবগুম
পম্থুংফম্না পুন্সিসিবু
ঈখোলাংনা ডাইজরিদো।
পুন্সিগী শৈহৌভৈদগী
মতমগী লৈকোয়দা নিল্লিদো
পুন্সি পম্থুং অনীগী
ঈখোলাংবগী পাউজেন্না।
তিন্নবগী থুম্নবা মীংকুপ
য়াইফ-ক্ষেনফমদি য়োরক্তরে—
হংজরি নুংশিথোইবনা
খাঙগনি নুংশি করম্না?

# বসন্তগী হৈনৌ-মপান

বসন্তগী হৈনৌ-মপান তম্নরোনে নঙগী নপাউ—
কোকিল লাবগী মুংশিখোম্না মুংওল্লবী মুজ্ঞাশিংগী
থম্মোই-থম্বাল-লৈয়োল ফাওনা
তপ্না তপ্না খিনগায়রদুনা
নোকমি নোকমি পোম্বোম পোম্বোম
শাংকায়হল্লো লাঙতরুনা।

হয়্যিংখোইনা ঙংনা ঙংনা হঙ্গাম-মপান মায়কৈ পাংলি—
কোয়ঙাওনরি কুরাকশিংনা তনিক তনিক পাইরদুনা,
ঈথৌ লাংলি পোম্বীশিংনা
চেক্লাশঙ্গু পাইরকপদা,
পাত্তা ওঙবী কবোকঙনা
শকয়েংনরি চীংয়া-লৈগা।

নোংঙাল্লমদাই শঙ্গীক থরান মিতাজরি মীশাইগোন্দা—
মীচুখোঙবু হাংলদুনা মুংশি-লৈপুন-য়াতাফমদা
চেঙহী মনম চূরবা
শম্লাং চোইনা চাইরদুনা
মুংশি-ঈচীক হুঞ্জরিবী
মুজ্ঞাশিংবু য়েংলদুনা।

বসন্তগী হৈনৌ-মপান তম্নরোনে নঙগী নপাউ—
শরাইদবা শিল্লীগী ঈহৌরবা খোঞ্জেন্দা

## অহুমশুবা শৈফম

হয়থদুনা নঙগী লৈহী
থুম্মাল্লরো মালেম অসে
তিন্নবগী ঋতুসিদা
ফজববু ফংজনবা।

তেনব্রাশঙ্গু পরেংনা লাক্লগনি হৈকোনসিদা—
থাকচহৌনে নঙগী লৈহী য়ান্ননবা উহৈ ওইনা
তমখিনবা নঙগী থূদোন
নশাইগোন্দা লাকপশিংদা,
লৈহীচেনবী লৈরাংপূম্বা
তাহনখোনে নাপ্পচীক্লা।

মতম মহাকবিনা লেংজরিবা তেংবানবা
শক্লাইদবা মহাক্কী খোঞ্জেন্নিদো শক্লাইবা—
ঋতুগী শৈহৌ-মপাউবু
তাইবঙ-লৈকোন্দা করিগী
পুরকপগে নহাক্লা
তম্লরোনে নপাউদো।

বসন্তগী হৈনৌ-মপান চাইথরক্লোনে লৈহীদো—
হরাইথরাক-মপান মরক্তা চৌন্থ্রাও পামেল মপান্দা
ঋতুগী লৈরাং পুম্বদা
নঙগী শৈহৌ তম্বিরো,
তিম্নবগী পাউজেন্না
নিলহল্লোনে তাইবঙসে।

হয়িংখোই মাস্থ তাসন্নু পোম্বী চেক্লাস্থ খঙসন্নু—
চাংয়া তময়া য়োসন্নু মীশাইগোনস্থ তাসন্নু—

## বসন্তগী বাঁশী

শরাশন্না চাইসনু
নঙগী পাউজেনমক্তনা,
কবোকওস্ম খণ্ডসমু
তিন্নবগী খোৗরাংবা।

নুংশিবগী শৈহৌদা লৈহৌগী ঈথক হৌসনু,
তিন্নবগী লৈহৌনা খোয়থম্লসন্ন মালেমসে—
তম্নরোনে নপাউদো
করিগী নঙনা মালেমদা
লৈহৌ অথেন্নদুনা
তিন্নবগী পাউজেল্লি।

# অনৌবা কুমগী কুমদমখোন

হে রুদ্রবীণা
নঙগী ম্মাকায়হৈবী রাগিণীনা
খোয়রাঙলবা ছন্দগী ঈহৌদা
অনৌবা কুমগী কুমদমখোন
নিল্লরে মালেমগী থোঙজীন্দা
অরি-অনৌ লৈপুনক্কেন্দা,
বজ্রমন্ত্রগী মখাইচেনবা মৈগী তেঙ্গে লীশীংনা
মতমগী মপাউকোন্দগী পাইরক্লে ঙংনা ঙংনা
অনৌবা লানবাউ পুদুনা—
অনৌবা চহীগী লানঙম-ফীরাল
হাইরদুনা নোংদোন খেৎনা
থৌজিল্লক্লে লানগী দোলাই
নোংশা-তেঙ্গোল মায়োক তল্লা।
হেনৌ-নানৌনরবী কেথাং-মৌথাংনরবী বসন্ত-মালঙবা
থূপখ্রেদো মিপাইনা
উখ্রা উরুম থিদুনা শজাবু নুংশা কিবনা—
তিংখং-লৈরাং কুসুমলৈ লৈরি-মপান পামেল্লে
পাৎকী লৈরাং কোম্বীরৈ পুল্লে নাত্রা য়াইপল্লে
মালহৈ হৈরী নোংগাংহৈ
অকনবগী খুদুং ইন নুংশা-মৈচাক তেমশীংনা
খোইমু' চীন্থেং তুংওইনা অরা' খোঙনেৎনদুনা
খোঙদারক্লে লানফমদা।

# বসন্তগী বাঁশী

হেদোহেরাউনরবী হেলাংথাংবী শানৌশিং
নুংশিনুংগন্নবদা খোয়মুন্নবা পাথংশিং
অঙ্গংবগী শাইগোন্দা নুংদাউনরি নুংঙাইনা,
মায়কৈ অমরোমদনা
উফুল্লাংবা মালঙদা চারুবা নুংশা মরক্তা
মরুভূমিগী লমদমদা
মশাগী ঈবু থক্তুনা উটকী পরেং পরেংনা
যাত্রীশিংবু নমদা হাপ
জয়গী শরীক থীংলিদে।।
অপোম্বা অশাংপা অকেনবা কেন্দবা
কোরৌশীংবুম পরেংনা
হুকচথরে নৈপুন-লৈরেং অনৌবগী ঙকশমদা
অরিবগী নুংশি-খুদোল।
পোক্লগনি অকনবা মপালৈত্রবা অথৌবা—
পৃথ্বী জাগোর ঈরোন্নুং
ময়ুর মখোঙ মখাদা হিংচাবীগী ক্বাগোক্তা
থূপ্পা থম্বা তম্ফায়াই লৌরুরনি শোয়দনা
তাইবঙ য়োংকে থৌরাংবা হিংচা-শাগৈ তরুবু
মতূপ মতূপ কক্তুনা
ময়াই কল্লবা খুংলাইনা।
অনৌবা চহীগী অয়ুক্তা হুল্লগনি মায়কৈ খুদিঙ
তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা—
ফংলগনিদো ফংদ্রিবা,
চরান্নরবী মালেমদা চেঙ্গৈ পূকৈমক্তনা
মখোঙ পান্না চংলনি লৈররোইদো অরাংপা,

## বসন্তগী বাঁশী

কনাননো হায়রিবা 'খীংদোকখরো অরিবা
খীংজিল্লক্লো অনৌবা'—
'নোংও চুথরো হনুবা হনুবী তাউথরো
লাংজিং মতোন থূক্কৎলো' ?
অনৌবা কুমদমখোনসিদা খীংদোকখিরোই অরিবা
অনৌবগা তিন্ননা অমুক নৌমিন্নখিনি,
অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হনুবা হনুবী তাউখিরোই
অনৌবা অমূত থক্কুনা পাখং লৈশাবী ওইখিনি
নৌনা লৈপুন্নখিনি।

অরিবনা নোনা নোনা লমথেক লমখায় হোংদুনা
তিনখিনি অনৌবা কয়াগা,
অরি-অনৌ অনীদি লেখিনি অডুম কোম্ননা
ভোর্বান অনীনা তিন্দ্রিফাও—
অনৌবা কুমদমখোনসিদা খীংদোকখিরোই অরিবা
খীংদোকখিরোই খীংদোকখিরোই,
অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হনুবা হনুবী তাউখিরোই
তাউখিরোই তাউখিরোই।

# ওকচরি বসন্তনা ইঙাগী নোংলেন

ঙসি ইঙাগী নোংমপানবসিদা
শমখরেদো শেংলবা অতিয়া-কোর্বাকসে
পূক্লীংহূনা মুরবা
লংলবা নোংগী পরেংনা -
শকহেনবীগী শংবান্নবা ফিজোনথক্তা
শম্লাং চোইনা চাইবগুম
নীংথিজরে নিংথৌলৈবাক।
থেক্ল খোংবা অখাক-ঙরাও মরক্তা
মায়কৈ-লাইরেম্বীশিংগী
তুজুংলবা জগোই-শাথেক
উৎলিদো মায়কৈ শীন্না হাইনা হুন্না।

ঙসি চাক্লবা মালেমগী মহুম মহুমদা
ঈখোলাংলবা অকংবগী মথক মথক্তা
চাইথরক্লিবা নোংলেন ঈরাসে
মমাওইবী কনাগী খোম্লাঙনা নঙথরক্লুনা
কনাগীদমক করিগী শিন্থরকপা অম্বতনো ?

থরায়-য়েনবা ইরেনশিংনা
চেনথরেদো থেক্ল-খোয়না
লমদম কয়াগী মরক্তা
নঙগী লাইজ পুরক্লুনা।
লৈশেম্না তাইবঙ-ইপান লাংত্রিরৈ
মালেম্না থুপখিবা ঈরোন্নুং
নোংলেন নঙগী লাইজনিদো—

## বসন্তগী বাঁশী

লান্মী ওইনা লাঙোল্লবা থব্বায় কোটি কয়াবু
চিংথোরক্লি নহাক্লা লোইবখস্না নাইদনা।
লাক্লিবা মতমগী শক্লোল কয়া
থুপ্লিদো হৌজিকস্ নঙোন্দা—
লাংঙাল্লকখিনি থরায় কয়া
শিংথোরকখিনি লৌদোক কয়া
অরা নুংঙাইগী কুম্মৈ কয়া।
লোইবনাইদবা পুন্সিগী ঈচেল্লা
কংবা নাইংনা চেল্লবিবা অসে
নোংলেন নঙগী অথুপ্পা ঈচেম্মিদো—
থক্পা খাগা তিল্লবগী
নুংশি-ঈরেনবুংদগী ঈহৌরকপা।

নোংলেন নঙনা কংদ্রিফাওবা
পুন্সি-ঈচেল চামা চামা
চেনখিগনি ঈরোঙ ফাংনা
থেকখিগনি লমথেক কয়া—
নুংশি-শৈরোল কয়া কয়া
থম্মোই-ঈচৌ পুরদুনা
নিনখিগনি মালেমসিদা ঈচাকখোল্লা য়াকায়দুনা।

য়ুমদা লৈহৌবী তালোয়গী মকাদা
চেঞ্জনীংদে ঐদি
কায়ন-মৈশা লাংবগী নুংশি মপাউ,
রাকচ্চনীংই—
চরামচদৎনবগী নাহেখোন অসিনা
মপুগী কাদা য়োহনবিখিনবা।

## অহুমশুবা শৈরুম

নোংলেন নঙনা মালেম্বু কোনবা ঋতুসিদা
বৈষ্ণব কবিশুম্না চৎহল্লঞ্জনীংদে ঐদি
রাধাগী অভিসার,
লাংহঞ্জনীংদে মুংশি-ঈখৌ
অসিগুম্বা মতমসিদা শাবীশানৌশিংবু—
নোংগা ঈরৈননা লৌবুক্তা কুমদুনা
চিংথোকহন্নীংঙ্ক অশংবগী ঈথক
মরৈমরোংগী পূক্কে
লায়রবা লীশীং লীশীংগী অরাম্বা কোক্লনবা
থম্বালগী লৈহীনা মুন্থরবা
লৈহীপাম্বশিংগী হকচাংদা
থীকথবিয়ুনে নঙগী নোংলীক অমতং
য়াকায়রক্লবা অকনবগী লাকঙমদ্রবা পাঙ্গল।

কালেনগী মৈশানা কেয়রবা
উনাগী শাংপোকশঙনুংদা
অরা-চৈনাখোন-পরেং
লেংজরিবশিংগী পুক্নীংদা
থীকথবিয়ুনে মরীক অমতং
থৌনাগী ইহুন পীবিনবা।
অশেংববু চাইথোকপিদুনা
অমোৎপবু চামথোকপিরগা
চেন্থহনবিরো মায়কৈ শীন্না
অশেংবগী ঈচেল
মালেমগী পুক্নীং খুদিঙদা থম্মোই খুদিঙদা
মীৎলম খুদিঙদা—

## বসন্তগী বাঁশী

হৈথবিরো চাইথবিরো
অশিবগী হকচাংদা খুইথরবগী মথক্তা,
তেকখৎহনবিরো য়াকায়হনবিরো
থূক্ষানবিরো মাসেম পুম্বসে নঙগী লাইজ-ঈরীক্লা।
ঙসি ইঙাগী নোংমপানবসিদা
ওকচরি বসন্ত ঐনা নো'লেন নঙবু
অমৃত পুরিবী অমৃত চাইরিবী!
বসন্ত ঐগী মঙলান-লৈকোল অসে
নোংলেন নঙনা
শেম্মিজুনা তাইবঙ-হৈকোল
য়ালহনবিরো অমৃত-হৈরাঙ
ফজবা অথুম্বা অনীনা তিল্লবা
মপুংফারগা তাইবঙগী শক্তম।
তাইবঙ-লানফম ময়ায়সিদা
চিংথোরক্লো—
লোইবনাইদ্রবা থরায়গী লাম্মী মপৈ
ফল্রবা শক্তিগী তেঙ্গোল মায়োক্তা

বসন্ত ঐগী বাঁশীতনা
ঙমদরে তাইবঙ য়াকায়বা
মৈগী বীণানা থম্মোইদা খোংলিবা
নোংলেন নঙগী নোংজু-শৈরোল
নিলহল্লরো বসন্ত ঐগী লৈকোম্নুংদা,
রাহোং কোকিল শৈদিম্লনা
শক্লসন্নু রাগিণীদো

## অহুমশুবা শৈফম

ওইদবা মচুগী মঙলাম্মুংদা
অওইবা তাইবঙগী
অথুম্বনা থল্লবা নুংশি-থম্মোই য়াকায়হনবা –
মপুংফাল্লবা নুংশি-থম্মোই
অল্লাবা পূম্ববু কোনবা ঙম্বা
ফজবা পূম্ববু শাৎকায়হনবা।

# হেমন্ত-সুরদা বসন্ত-শরৎ

নোংদোন্দা কপ্লিবা সনাগী চেক্লানা
শিন্থরি করিগী মঙানগী পিরাঙ—
মেঙলবা সুরদা?
মালেমগী লমদমদা উদবা কনানা
চাইররি করিগী শরৎকী হৈরাঙ—
ন্নংশিবা থূৎশোক্লা?
কনাগী লুয়ব্বা থুম্নবা খোঞ্জেল্লা
বসন্ত ঐগী বাঁশীগী রাগিণী—
ঈহৌরি খোয়রাঙনা?
হাঙলবা থম্মোইনা শরৎকী থাবন্দা
মিরবা মীৎয়েংনা কনাবু কৌজনি—
ঙনিকপা খোনফমদা?
শরৎকী থুম্নবা হৈরাঙগী পূক্কেদা
ফংদরে থিবদি থম্মোইগী হৈরাঙদি—
বসন্ত ঐহাক্লা।
রাত্তপাদ্রবী শরৎকী শাইগোন্দা
নীংবথুংদ্রবী বসন্ত ঐহাক্লি—
থাঙজরি লাঙতক্লা।
পান্দরি থম্মোইগী অরাম্বা কোকঙম্বা
অমরাপুরগী জথুম্বা হৈরাঙদি—
শরৎকী হৈকোন্দা।
খোংজরি অদুনা বসন্ত ঐহাক্লা
হেমন্ত-সুরদা শরৎকী সুরদি—
ঐগী বাঁশীনা।

## অহুমশুবা শৈঙ্কম

উল্লেম্না চান্নবা কংলবা ঊনান।
ফিজেৎনরিবী হেমন্তঋতুনা—
লুপখরে লাইনীংদা।
লেপ্তুরি কপ্পস্ত সনাগী চেক্লানা
অনৌবা থরায়বু কৌজরি তত্তনা—
তাইবঙ ঈরান্না।
চাউরবা থরায়বু পোক্লবা মালেম্না
হেমন্তস্তরদা খোংলসি তিন্ননা—
বসন্ত-শরৎনা।
য়েংউনে লাক্লিসে চৌংলেম্বী নিংথমগা
ধ্যানসিদ্ধিগী রাশক্কা লোয়ননা—
লম্বোইবী ওইদুনা।
নিংথমঋতুগী ঈংলবা মায়থোঙদা
তারিনে মমিদি অনৌবা পুন্সিগী—
তাম্না উরিবা।
বসন্ত এরা মচুগী মঙলান্না
ওইরনি শঙ্কুমদি ফজবা তাইবঙগী—
পুক্নীং হূরবা।

# অরিবগী নাকেন-থাদা

॥ ১ ॥

অরিবগী নাকেন-থাদা অনৌবগী পাঞ্চজন্য
খোঙ্গৎলোনে হে অনৌবা
পুন্সি-পন্দোন-তোর্বানথক্তা।
অকনবা লৈকংনুংদগী য়েন্নৌ পামেল শংবান্নবা
কৌথোক্লোনে মালঙবান্দা
মংহল্লোনে মালেমপুংদা।
লোইবী চীংগী ঈশৈক্রুংদা তুমখুন তান্না ঈরোৎলিবা
ঈচেল চামগী ঈরোঙবা
মায়কৈ শলাই শীনব থুংনা
চেন্থহল্লো কে অনৌবা, অনৌবা ঈশৌ ঈচাওদা
মতমগী জয়গী খোঙচত্তা
পজেঙ-ফীবাল পাইহন্দুনা।
অনৌবগী গাণ্ডীবনা অলকাপুরী ম্নেকোলগী
সনাগী লৈহাউ হেক্রুরো
ওইদবা নাপল-লৈরাংগী
মীনম্বা ময়াই চমদুনা মালেমগী মগুন শাৎনবা,
মীওইবগী জয়গী পুংখোল
নিল্লহল্লসি নোংদোন শীম্না।
থাজ-মঙাল শোদোকপত্তম চাংজো পানা অমম্বগী
শোদোকহল্লো নুংশি-থম্মোই
নুংশি-নামুংনবশিংগী।

ফজবগী লাইরৈবাক্তা রাগিণীগী মহামেলা
য়াওরুরসি হে অনৌবা
হৌরসিনে জয়গী খোঙচৎ।

॥ ২ ॥

কোরৌ-মৈশা লাংবদা ঈংলবা উনগী মপৈনা
ঈরী চেন্থরকপগুম—
থাদু নুংজাওময়ামশা
মহী চেন্না চেন্থরো ঈশৈ লৈতবা লমদমদা
অরিবগী নাকেন-থাদা
অনৌবা য়ুগকী অয়ুকসিদা।
বজ্রগী থম্মোইদা খোংলিবা দধীচিগী বাঁশীগুম
হীরু নৈন খোঙ্গৎলো
নুংচারুনা তেংথারো।
য়োৎকী মীৎপু পাল্লিবা য়োংশী মূর্তি ময়ামশা
অকংবগী থম্মোইদা
মীৎলু পিরাঙ শিন্থরো।
লাইজ-ঈরীক পক্লবা নুংশি-য়েনীং হুন্দ্রবা
হে অকংবা অকংবা
নোকউগবা অমুক্তা
ঈংলবা থম্মোই থাগোম্না পুক্নীংতুবা মীনোক্না
লৈরাংগী মীনোক তমজনা
নুংশি-ঈনোৎ কাহন্না।
থম্মালগী থম্মোইদা ঈহৌবা হে অথুম্বা অথুম্বা

খুমহনবিয়ুনে অমুক্তা—
অথুম্বা মশক খঙদ্রিবা
চিংনবগী ৱাহংনা থারবা মীৎয়েং মম্লামসে,
তমথীবনা শূক্লবা
মম্লবা হিংচা-পুক্লীংসে
বসন্ত-মালঙবা পুরিবা হে অশেংবা অশেংবা
শেংদোকপিয়ুনে নহাক্না
লৌনম্বগী চায়নপুং.
অচুম্বগী লাল্লোঙনা পুন্সিগী লানগী লম্বীদো
চৎহল্লনবিয়ুনে ফজবা
মঙ্গলগী শক্তম পুরিবা।

॥ ৩ ॥

অরিবগী নাকেন-থাদা য়েন্নোরিবা হে অনৌবা
থাম্বী মৈ-গী চাকপদা
উকংদগী হৌবা মৈরীসে
মালেমদা মৈশা ঈরিবা অকংবগী থুম্নবা ঈশৈনি.
কোনশিল্লুনে অরিববু
নুংশিয়ুনে অকংববু।
কল্লবা নুংজাও ময়াম্না শারিবা ফুরাগী মূতিসে
মমতাজগী মোংফমদা
মহী চেম্না ফজরি,
থকপা নাইত্রবা ঈচেলগী ঈরাওথোলবু তাহল্লি,
য়োৎকী মূতিস্তু ওইসনু
নুংশি-খোজেন্না ঈহৌরি।

অহুমশুবা শৈফম

চৎলসি হে অনৌবা ঈশৈ লৈতবা লমদমদা
তালগা শৈরোয়নরবা
রাগিণীবু পুডুনা—
কংলবা উক'নুংদগী খাঙ্গী মৈবূল থোকহনবা,
থোডু নূংগী ফুন্নাবু
থম্মোই-খোঞ্জেল ওইহনবা।
অরিবগী নাকেন-থাদা অনৌবগী পাঞ্চজন্য
খোঙ্গৎলোনে হে অনৌবা
লৈশেম লৈতাক অনৌগী
কোন্নফমদা লেপ্পুনা অরিববু কোল্লগা
অকংবগী থম্মোইনুং
নুংশি-য়েনীং য়েম্নোহল।

মরিশুবা শৈফম

( লৈকং-চরোং-হাপুংদা ॥ বাঁশীগী যৌবন-হিদেন্দা
তৌদ্রীগী ঈশৈ মভুমদা ॥ পাউশুম সমুদ্রগী লম্বীদা । ॥

## তৌদ্রী- বাঁশী

॥ ১ ॥

( বাঁশীগী মকাদা তৌদ্রীগী মপাউ )

নুংশি-ইরেন-তোবানা যৌবন-হিদেন তাফমদা
খোংলিবা হো, বাঁশী....কোজরিনে তৌদ্রীনা
হো বাঁশী....বাঁশী.... !

নিংথমঋতু-মরান্দা নুংশি-লাইজ থিক্লুনা
শেমজথিবা লৈকোন্দো বসন্তগী মঙলান্দা
পুক্লাংহূনা নৌররে।

শৈহল্লকউ বাঁশী ...অনৌবা শৈরোল শৈহেকসি,
তৌদ্রী ঐহাক খুমজগে হৈবানা নৌমিন্নরসি
তাইবঙসু নৌথহল্লসি ।

শৈহনবনা হনবিয়ু শৈখুম্বনা খুমজগে,
থৌরা কোঙ্গোই হূক্লুনা বসন্তবু থমজগে
ইবানা ময়োল চোংখিসি ।

মতম্না কংগে কংসনু বসন্তদি লৈখিনি,
ঈচেলনা থক্কে শকসনু ঐখোয়দি ময়োল চোংখিনি
তাইবঙসু ময়োল চোংহনসি ।

## মরিশুবা শৈকম

বসন্তবু কোনবতনা পেল্লক্তরে ঐহাক্তি.
মরাঙ হৌরক্লে থম্মোইসে লয়নত্তুম জগোই শারগে
পুংলোনগী তান্দি চানবা
বাঁশীনা খূৎখৎ হাপ্পিয়ু :—

নৃগধি নৃগধি তাথৈ তাথৈ
থেরে-কেটে-তেরে তেরে-কট্
ওয়দ লয়রে য়েৎন থেক
য়েত্ত লয়রে ওয়ন থেক ॥

... ... ...

রাধা মান্না লয়সিরা
ঐগী কৃষ্ণ লৈজদে।
কৃষ্ণ মান্না লয়সিরা
ঐগী রাধা লৈজদে ॥

.. ...

অখোয়বা তাইবঙ অসিবু
কৃষ্ণ মাগী শাথেক্লা ?।
ঈখোনবা মালেমসি
রাধা মাগী থম্মোইরা ?॥

... ... ...

লৈকোক লৈমৈ ওল্লগে
থেক্ক থেক্ক লয়রগে।
তাদ্রীং তাদ্রীং শারগে
ধিন্কা ধিন্কা ধিন্কা ধিন্ ॥

... ... ...

বসন্তগী বাঁশী

হো নোংমদোন-লাইজও
তাইবঙ-থরায়-পুবও।
হৈথবিরো চুথবিরো
ঈথোলাংবা কোকপিরো॥

... ... ...

লোইজরগে বাঁশী!
লেপনীংদনা লেপ্পগে।
হঙোইনা নোঙ্গোবসিদা
অৱা হকচাক লাংলগে॥

॥ ২ ॥

( তৌদ্রাগী মপাউদা বাঁশীগী শৈরোল )

তৌদ্রী নহা খোন্নোবা
কাব্যালৈকোল অশৈবা!
লৈকং-চরোৎ-হাপুংদা খোগংনবা খোংলিবা
য়ৈরবেনে নপাউখোন ঐগী যৌবন-হিদেন্দা।
বসন্তনা পেশহনবা ডমরুবা নওগী থম্মোইদা
করম্বা সুরগী মহীনু হৈথরসিগে বাঁশীনা?

মুংশি-থম্মোই মুঙ্গোনবা
মুজা-থম্মোই হুঙম্বা!
অখোয়বা তাইবঙপানসিদি নত্তে নত্তে কৃষ্ণদো
ফজবগী শাথেকা শক্লোল অহুম উৎপনি।
ঈথোনবা মালেমসে নত্তে নত্তে রাধাদো
খৌরাংবগী মুংঙাইবা তাইবঙসিদা তাকপনি।

মরিশুবা শৈফম

যাদুশৈরোল শকঙম্বা
বসন্তবু ফাঙম্বা!
বাঁশীনা খুৎলোল হাপচগে শারো জগোই তৌদ্রীনা
কৃষ্ণ-শাথেক লৌদুনা তাইবঙ-শক্লোল উৎনবা।
রাধা-শাথেক তমজনা নুংশি-পিরাঙ কৎলোনে
হংঙোই পোঞ্জেনবীগুম্না করিগীবু খোংবগে?

মালেমপুম্বা কোনঙম্বা
থম্মোইকোনগী অশৈবা!
লৈকোক লৈমৈ ওনবনা নোংদোন-লাইজ ঈহৌরোই
থম্মোই-লৈহী নত্তুনা নুংশি-থম্মোই য়াকায়রোই।
কৃষ্ণ মান্না লয়দুনা মালেম-থম্মোই কৌথোক্লো
রাধা মান্না লয়দুনা নুংশি-লমদম পাংজরো।

ঐনা যৌবন-হিদেন্দা
নঙনা লৈকং-হাপুংদা
তৌদ্রী বাঁশী ইবানী শকপদদি লেপ্পুসি
বসন্তসু লৈথিনি নোংদোন-লাইজ লাকখিনি!
থম্মোই-লৈহীনা কংদ্রিবৈ কংগে কংসনু মালেম্না
নুংশি-খোঞ্জেল নুংজেনবা করি ব্রাবগে নুংশিবা?

॥ ৩ ॥

( বাঁশীগী শৈরোলদা তৌদ্রীগী শৈখুম )

নুংশিরবা বাঁশী! হন্দক্কী শৈখুমদি
তৌদ্রীনা শেমজবা ঈশৈগী মহুমসি

## বসন্তগী বাঁশী

লৌবিসিকো বাঁশী লৌবিসিকো মুংশি
ঈশৈগী মহুম ঐগী ঈশৈগী মহুম।
লাউরক্লি ডক্তনা নোংমদোন-থক্তগী
'ঐ সিদা লৈ' 'ঐ সিদা লৈ'।
কৌজরি তৌত্রৌনা মালেম-থক্তগী
'হো সিদা লাউ' 'হো সিদা লাউ'।
মঙানগীদমক্তা থূপচফম শেমজরি
ঈশৈগী মহুম ঐগী ঈশৈগী মহুম।
খোংলগেকো বাঁশী কাম্লগেকো হন্দক্তি
থোরক্লে য়েংউ ঈশৈগী মহুম।—

চৈথৈ চিংফম খঙত্রবা ব্রাহং কয়ানা ঈহৌবা
বাঁশীগী থম্মোই মপাঙনা
কংলবা পুন্সি-ইরেন্দা
হৈথরক্লেনে খক্তনা।
ওন্নতৈনবা অনীগী তোর্বান-চাংজৌ পাথোক্লা
ছন্দগী ঈচাও লাকপদা
থুংফম হিদেন খঙদনা
তাউথরি অঙাওবা ঈশৈনা।
থেংলরবদি থূরবা ঐগী যৌবন-হিদেন্দা
মতমগী তোর্বান ঈরান্না
মশা ফল্লবা ঈশৈনা
শাগনি মহুম করম্না ?
মঙলৈবাক্তী লৈকোন্নুং সনাগী লৈহাউ মরক্তা
যক্ষ কুবের' লনগৈদা

নিংথৌরেনগী শঙ্গায়দা
লৈজনীংদে ঈশৈনা।
অৱাবগী য়াতাফম চাক্লবা তাইবঙ-লৈকংদা
মীৎকী লাইজ-ঈরীক্লা
শেমজবা থাংপোক মনুংদা
শাসনু মহুম ঈশৈনা।
মতমগী শৈথা ইন্নুনা ঋতুগী শৈহেক খুদিঙদা
ঐগী কাব্যলক্ষ্মীনা
মালেম-তাইবঙ কোন্দুনা
হৌসনু পিরাঙ তত্তনা।
লোইবী চৗংলাইবক্তগী অরোইবা কোরৌ-মশেক্লা
লৈচীনগী পরেং পরেংদা
মচুগী শাথেক য়েক্লুনা
লোইথ্রবস্নু শৈরাংবা—
মালেম-লৈকোল শীন্নবু পুন্সিগী লৈপাল লৈপালদা
ঐগী কবিতা-উরীনা
লৈহৌসনু য়েক্তুনা
ঈশৈগী মহুম শানবা।
লোইজরে বাঁশী! ঙসিদি পুক্নীংসি
নোং মংগ্রে ওন্থোক্লা চঙজরগে ইহুমদা—
নোংমদোন-থক্কী মঙানবু কৌজরুরগে বাঁশী
ঐগী ঈশৈ-মহুমদা।

॥ ৪ ॥

**( ঈশৈগী মহুম উবদা বাঁশীগী শৈরোল )**

বিশ্বকাব্যলৈকোন্দা তৌদ্রী নঙনা থাজবা
কবিতাগী উরীনা কাব্যবনবু শেমদুনা

## বসন্তগী বাঁশী

ঈশৈগী মহুম শাজবা ফজৈদকো ফজৈদা
কাব্যলৈকোল-অশৈবা ঐগী তৌদ্রী নুংশিবা
ছন্দবীণাগী শৈরোলদা
রাহৈ-লৈহৌ চাইরিবা।

পিরাঙ মরীক মরীক্কা কংলবা তাইবঙ-লৈকংদা
শেমজবা নুংশি-নশাইগোন থম্মোইগী ঈশৈ মহুমদা
নঙগী কাব্যলক্ষ্মীনা চাক্লবা মালেম কোন্দুনা
তন্তুনা পিরাঙ শিন্থবা কয়াদা পুক্নীং নৌগ্রবা।
মৈচাক মৃৎপা রাগিণী
খোংবিরোনে খোন্নুংশি!

তৌদ্রী নঙগী কাব্যবন ঐগী যৌবনগী বনসিদা
শেম্বিদুনা অমুক্তা ঐগী যৌবনগী ঈশৈনা
মতমগী তোর্বান ঈরান্না মশা ফন্না পাইজবা
পীনবিয়ুনে নুংশিবা যৌবনগী লৈহৌনা থুম্লবা!
তৌদ্রী নহা খোন্নৌবা
নুজা থম্মোই চাকহনবা!

বসন্তগী মচুদা মায়কৈ কোয়ডাওনদুনা
লৈহৌ মশক খণ্ডবা কুরাক্না পাইদুনা
মঙলৈবাক্কী লৈকোন্দা খোংজররোই বাঁশীনা
হাংদোরক্লো লৈকাদো থম্মোই-লৈহৌ লোৎলিবা
তৌদ্রী নঙগী খোঞ্জেন্দা
তিঞ্জরগেনে নুংশিবা!

যৌবন-হিদেন লান্দুনা ছন্দগী ঈচাও মথক্তা
তাউথহল্লসি ঈশৈসে পম্বুং-হিদেন য়ৌনবা।
কৌমিন্নরসি ইবানী নোংমদোন-থক্কী মঙানবু
নঙগী ঈশৈ মহুমদা লাকচরগে বাঁশীস্তু
পীনবিয়ু নুংশিবা
নশাইগোন্দা তিন্নবা।

॥ ৫ ॥

( তৌত্রীনা বাঁশীবু ওকচবা )

তৌত্রীগী ঈশৈ মহুমদা খোঞ্জেল-লৈহী পুডুনা
লাক্লিবা নুংশি-বাঁশীও কোঞ্জরিনে থম্মোইনা।
নুংগী নুংশি-মপাউবু পানগী পনবান-লৈপুংদা
নুংচৌরুনা খোংজবা কাব্যলৈকোল-অশৈবা।
থম্মোই-লৈকা হাংজরে হৈথবিরো নুংশিবা
থূপ্না থম্বা অথুম্বা লোইনা চিংথোকপিডুনা।

ঐগী বাঁশী নুংশিবা তাবিয়ুনে অশৈবা।
তমসা তুরেল তোর্বান্দা রাইন্নু লাবা অমোম্না
নুংশি-খোয়দিন্নরিঙৈ তমথীরবা তেঞ্জৈনা
রাইন্নু-নহা অমোমগী কায়ন-নোংদম তমথিবা—
নিলহল্লিদো ঙসিস্তু মহাকাব্য-শৈরোলদা
খাইনবগী চৈনাখোন, খাঙউমদ্রবা খৌরাংবা।

কালিদাসকী মেঘদূত মতমগী চাংজৌ ঈরায়না
নুপাওইবা কাঙবুনা নুজাবু ঈখৌলাংবগী

## বসন্তগী বাঁশী

পাউজেল ওইনা থনম্মি মালেম শীন্না চাইদুনা।
অনীশুবা মেঘদূত তাজমহলগী ফুরাদা
হৌরি ডসিস্ত নৌহোনা থকপা নাইদবা ঈহৌনা,
মূৎপা নাইদবা থাম্বী মৈ চাক্লি ঈখৌলাংবনা।

বৃষভানু-মমোমলোই ইবেম্মা শ্রীরাধানা
তেংথাজরি ডসিস্ত বৃন্দাবনগী লমদমদা
কায়ন-ঈখৌলাংবগী নুংশি-মৈচাক্লদুনা।
ভক্তশিংগী থম্মোইনা যুগ কয়াগী লাইনীংনা
মপুগী থৌজাল-মরীকপু ডাইজরিদো খৌরাংনা
নুংশি-মৈয়োম্নরবা পুন্সি পূম্বা কত্তুনা।

থম্মাইত্রবা খৌরাংবা থম্মোইদবু পুদুনা
কায়ন-মৈশা লাংলিবী মালেমলৈমা ইমানা
ঈচীকখ্যোনবা পুন্সিগী নুংশি-মায়কৈ পাংজরি।
মনুংনা মপান ওইরিবা মপান্না মনুং ওইরিবা
তাইবঙ-মালেম-লৈকোয়দা চাক্লিবা ঈখৌলাংবসে
নোংদোন পাংনা লামদুনা নোংদোন মৈরায়নরক্লে।

মায়া-মরীচিকাগী ওইদবা ঈশিং মপৈনা
মায়কৈ ডাওরে ঐহাক্তি ঐগী বাঁশী নুংশিবা!
ঈখৌলাংবগী ঈথরা মায়কৈ শলাই খুদিঙদা
ইপোম্না হৌরক্লে কদোমদনো নুংশিবা!
খোংবিরক্লো স্বরদো ঈখৌলাংবা পূম্বগী
মূৎনফম্নু ওইরিবা নুংশি-লমদম য়োনবা।

॥ ৬ ॥

( তৌথ্রী-নাক্তা বাঁশী )

থুম্মৌদকো নুংশিবা তৌথ্রী নঙগী নপাউখোন
মূংহল্লনসিগে করম্না নুংশি নঙগী মৈচাকখোন।
খৌরাংবগী ঈহৌসে মশক্নিনে নুংশিগী—
নুংশিববু কোন্দুনা
থম্মোইনুংদা থমজবা
তৌথ্রী নঙনা করিগী ওন্নথোইনা তেংথারি ?

তমথীরবা তেঞ্জেনা কায়ন-নোংদম তমখিবা
রাইনু-নহা মহাক্নী থম্মোইনুংদা চাকখিবা,
নুংশি-তালোয় মশুংলাং চিত্রকূট চীংনুংদা
যক্ষ মাগী থম্মোইনা
কায়ন-ঈখৌ লাংখিবা
নুংশি মাগী শক্তম্নি তাবিয়ুনে নুংশিবা।

ফজবগী মশুংলাং মালেমলৈমা ইমানা
কায়ন-ঈখৌ লাংবনা ফজবগী শক্তম্না
তাইবঙ শীন্না চাইবনি নুংশি-ঈহৌ পুটুনা—
য়েংউ নুংশি-শক্তমসে
ফজবগী ঈহৌসে
ঈথৌনবা তাইবঙদা কয়াদা পুক্নীং হুনিবা।

কপ্পগনু খোন্নুংশি ঐগী তৌথ্রী নুংশিবা।
মায়া-মরীচিকাদো নুংশি নঙনা উন্নিবা

## বসন্তগী বাঁশী

নওগী নুংশি-থম্মোইগী নুংশি-শক্তম ঙাক্তনি—
মঙান মাবু কৌবনা
নওগী ঈশৈ মহুম্না
ফজবনি খোয়থুম্না নুংশি-মহুম ওইদুনা।

বাঁশী ঐগা তৌদ্রীগা বসন্তগা শরৎকা
মপুংফাবা যৌবনগা ঈথৌলাংবা পুন্সিগা
নুংশি-খোয়মুন্নদুনা কৌরসিনে মঙানবু
মৈচাক পুম্বা মূৎঙম্বা
মাগীদমক শেমজবা
ঈশৈগী মহুম অসিদা নুংশি-শৈদিন্ননবু।

॥ ৭ ॥

### ( তৌদ্রীগী পাউদম )

নুংশিরবা বাঁশী!
তাইবঙ-মালেম লৈকোয়সে তাঙ্গোইমক্ত ঙায়খ্রেদো,
হানৌ শংনৌ অমতা উবা ফংখিদরেদো,
মপুমথীংনা নৈন্নদুনা তাহংলবা থম্মোইসে
অরা-চীংদূম পরেংনা মরোল মরোল ননখরে।

করম্না পাউদম্নসিগে!
ঐগী বাঁশী নুংশিবা! তৌদ্রী মরিল হোখিদ্রে,
অরা-নুংশামপীনা চরম পৌরোল চনখরে।
থম্মোই খোন্না চাক্লকপা নুংগী খাম্বী মৈশানা
ঈশৈ-লৈকোল-লৈরাংস্থ লৈশক লৈচু ওনখ্রে।

## মরিশুবা শৈফম

অদুবুনে নুংশিবা !

লৈকং-চরোং-হাপুংদা থম্মোইন্নুংদা ওমদুনা
অদুদৈদা থোংখিবা ঈথোলংবা গোম্বাংনা
গ্রো-গ্রা গ্রো-গ্রা নোংলেন-ঈরা কৌখিবা
ঙসিস্তনে খোননদো হুডোই পোঞ্জেনবীদুনা।

চরম চফুন্নবা

ভৌদ্রী মখুল খুদিংদা থোয়রাঙলবা খোঞ্জেল্লা
থাঙডমদনা খোংলিদো থম্মোই চিংথায় চিংথায়না।
ঈশৈগী মঙম শাংদৈদা সংগোখিবা ছন্দদো
চৈনাখোনগী চাংজেল মপুক তপ্পা কোল্লিদো।

তাইরবরা অপুবা।

কুমজা কুমডল কয়াক নোংজুথাদি চৌথরে,
মালেম-থম্মোই-লমদমদি লাইজ-ঈরাক থুংদরে--
নোংমা লাইজ হেঞ্জবা লৈকং অজম ওইরিদো,
নোংগী থবায় পাইরবনা করম্মু নৌকপনো ?

শৈখুন্নকউ বাশী !

করম্বা শৈরেক শৈরোলনা নোংমুথাবু কৌরগা
ফজবগী থম্বালনা খোংখুম-মীনোক লাংদুনা
মালেম-পুম্নি ইম্মায়না ইটীক খোল্লা শাংকবা—
খৌরাংলেদা ঐহাক্তি করম্মু থাগসিবা ?

॥ ৮ ॥

( তৌদ্রীগী মখোলদা বাঁশী )

তাবিয়ুনে অশৈবা
ঐগী তৌদ্রী নুংশিবা !
কোরৌহনবা চামনা চেক্লবদু চাকসনু
ছন্দ কায়বা তাংবগদে তাঙ্গোই তাগে তাসনু--
ফজববু খৌরাংবা লোনত্রবদি থগ্মোইনা
শোয়দনা ছন্দ লাক্লনি ছন্দ লেন্তবা তাইবঙদা।

তারিবরা অথুম্বা
তৌদ্রী নঙলা অহানবা
শৈহৌরকপা মতমদা মসাবু নকাক্লা
থৌরী কোঙ্গোই চুকুনা পনখিবদাই খোন্নৌবা !
কোঞ্জগোনে হৌজিকসু থগ্মোই মরাঙ হৌদুনা
কৌমিন্নখো নোংচুপথা লৈঙেই পোঙ্জেলবীদুগা।

বসন্তবু কোম্লুনা
নোংজ্রথাবু ভাইরগা
ঈশৈগী মহুম শাইশুদা ইকৌখিবা ছন্দনা
অরাবগী মরক্তা লৈখিদবু য়াকায়না।
করিগীনো তৌদ্রীও চৎলম চেনুম্লিবা
বসন্তগী লৈশাবু চুপচরিবা থগ্মোইনা ?

তৌদ্রী নঙলা শোমজবা
ঈশৈগী মহুম অসিদা

মঙান মাবু কৌক্কবা সংজরিশা পুন্সিসে
নুংশিদকো নুংশিদা ঈখৌলাংবা তাইবঙসে !
মঙান মানা লাক্লগা মুংথ্রবদি মৈচাক্কা
কনাবু ঈখৌলাংসিসে কবক্সা মায়কৈ য়েংঙনা ?

ঈখৌলাংবগী রাংমদা
ঈচাকখোনবা তাইবঙদা
ফজবগী থম্বালনা শাংনিনবা লমদম অদুদা
য়ৌথ্রবদি পুন্সিনা নৈবরাকইদো থম্মোইদা
ফজবগী খোরাংবা নুংশি মৈচাক অথুম্বা
কপ্লগন্নু নুংজেনবা বসন্তবু কোল্লিবা !

কথোক্লসি পুন্সিবু
লাম্থোক্লসি ঙঁশাবু
বসন্তগী চৌনবান্না চুপ্পিদুনা নুংশিনা
খোংবিনবা লেংখুনা মপুংফাবা সুরদা।
ইদোম ইদোম খোংজবা সুরসিনা ঙমদরে
মঙান মাবু পুককপা পাউথুম মাবু ফংদরে !

॥ ৯ ॥

( বসন্তনা য়াকায়রবদা তৌদ্রী )

খোংলরেলে খাঙভুমদনা এনী থম্মোই-লৈকোম্মুংদা
নুংশি থম্মোই য়েন্নৌকনব
বসন্তগী নুংশি-বাঁশী।

## বসন্তগী বাঁশী

খাঙক্কমদরে পুঙমদরে থম্মোই খোন্না খোংলরিবা
ইন্দ্রজালগী রাগিনীসে
কোয়ডাওননা লাঙতক্করে।

তোন্থরগে ঐগী হিরেন পাউথুম মহাসমুদ্রদা
ঈখৌশাংবা রাহংগীদি
ঈচেল-তোরৈ ইন্না ইন্না —

শৈনিন্দবা লমদম ফাওনা ঈশৈ চাইর চাইরদুনা
অশিবগী ৈবোক শান্না
নুংশি-য়েন্নৌ য়েন্না য়েন্না।

থম্মোই থোঙলোন হাংলদুনা চাইথোরক্লে ঈরোঙ ফাংনা
চেপ্তখরে মায়কৈ শীন্না
ঐগী মীগী কাউরদুনা

হিন্নবগী নুংশি শৈরোল লৈকোল থুদিঙ নিংখরেনে,
তেংবান পুন্না ঙসিদি
লেঙ্গোন্নরে মাহৈ মহৈ।

মনাপুংবা পামেলশিংদা কবিতাগী চরোং চনুন
য়াম্থরক্লে পুরীংহ্না
করম্নবু পাঙলসিগে!

মচু মনম লৈহী কয়া কচ্চরক্কে ঈরাঙ হৌনা
লৈশেম্বগী থুয়াখাদা
নুংশি-মীনোক থারদুনা।

মায়কৈ ঙাওরে হিরেন অসে ঐগী লোইনা ওইখরেনে
মীগী ওইনা ঊরম্বদু,
লুপশরেদো খেন্নবদি।

## মরিশুবা শৈফম

পাউখুম থিবা থম্মোইশিংনা লাউররক্লিদো হন্না হন্না
'কিগন্নুনে কিগন্নু
লাপ্তরেনে হিদেন অদো'।

চীংলোন কয়া নমথেক্তুনা লৈবাক কয়া ফাওরক্তুনা
থম্মোই-খোঞ্জেল নিন্না নিন্না
থিজররক্লি পাউখুম-হিদেন।

লাপ্পবগী কায়নবগী অরাবগী তেংথাবগী
অহীং কয়া কয়া চূপ্পা
লাঙতক্রনা কৌজদুনা
খঙনদবা কয়া কয়া পুক্নীং তংথায় হাংদোক্লনা
খোঙলোয় ওইমিন্নরদুনা
নুংশি-লমদম পাংজরিনে।

ঋতু কয়াদি হৌখরে-কুমজা কয়াগী অরাবনা
চামথোকখরে পুন্সি অসে
য়োঁদরিনে হিদেন্দি।

ঐগী ঈশৈ কয়ানা অৱাবগী শাইগোন্দা
মহুম কয়া শাখরে—
কদায়নোনে পাউখুমদি ?
রাহংগী ঈচেলমক্কনা নিনখরেদো তেংবানবসি,
থূক্কাৎখরে ইনিনখোন্না
তাউথরিদো মহৈ মহৈ।

কদায়দনো নুংশিথোইবা পাউখুম মাগী মখোঞ্জেন্দো—
ঐদি তাবা ফংদরিদো
লমদম কয়া রাৎলিগবা ?

## বসন্তগী বাঁশী

যুগ কয়াবু লাল্লগা শাইওন কয়াগী মতুংদা
ফংগদগে মহাকপু
খঙবা ঙমদে তৌদ্রীনা।

বসন্তগী নুংশি-বাঁশী তিন্নবগী মংশি-শৈরোল
থম্মোইদদি খোংবিরগা
পন্থুংক্নমদি তাকপিদরি
লমজাঁংবিয়ু ঐগী হিরেন নঙগী নুংশি রাগিণীগী
ইন্দ্রজালগী ময়াইদুনা
শাউখুম-হিদেন য়ৌথিনবা।

নুংশি-খোয়দিন্নজরগে নুংশিথোইবা ঐগী পাউখুম
খাঙঙমদরে পুঙমদরে
নুংশি মাগী খৌরাংবসে।

অচুঙৈগী মতমচুদা য়ৌরুরগা হল্লকপদা
তিন্নখিদো থরায় অনী
সাবিত্রী সত্যবান—

নুংশিসাগর-ঈপাকথক্তা পূরকখিদো অশিববু
অনৌবা থরায় হাপ্পুনা
অশেংবা নুংশি-থম্মোইনা।

পাউখুম মাগা তিন্নবদি ফংগদরা হল্লকপদা
ঐগী থম্মোই-লৈকোনসিদা
বসন্তগী শৈনিনখোন্দা ?

... ... ... .. ... ...

অশিবগী মনুংদবু লৈরিবা হে শিদবা !
য়াকায়রোনে নুংশিথোইবা
ঐগী থম্মোইন্নুংসিদস্থু।

ঐগী নুংশি-থম্মোইসিনা কোঞ্জরগে পাম্মুথোইবা
য়োজরগে হিদেন অদো
ঙমখৈ অনী তিন্নকমদা।
ঐনা ঙমখৈ অমদা নুংশি নঙনা অমদা—
মরক্তনা লোইদবা রাহং
তামখরেদা লমদমসে!
ঐগী লৈজবা পূম্বসে কচ্চরগেনে থাক্তনা
য়াকায়রোনে পাম্মুবা
পাউখুমগী মহাসমুদ্র।
পূজাগী বতি চুখৎচরে মঙ্গলগী মৈরা পায়খৎচরে
চাকথেকহনবিরো তৌদ্রীবু
পূজাগী ধুপ্পু ওইনবা।
পাউখুম-মহাসমুদ্রগু তাজরগে ঈরাওখোন্দো
তিন্দহনবিরো ঈচেল অসে
লোম্নাইদবা ঈপাক্লুংদা।
চাকথেকহল্লো তেংবান পূম্বা নঙগী নুংশি-মৈচাক্তনা
মূৎখিনবা রাহং পূম্বা
পাউখুম নঙগী ঈচীক্লুংদা।

॥ ১০ ॥

( পাউখুম-সমুদ্রগী নঙ্গীদা বাঁশীগী শৈরোল )

কাব্যলৈকোল অশৈরেংবা খোঞ্জেল-লৈহী নুঙ্গোঞ্জবা
তৌদ্রী নঙগী থম্মোইনুংদা বসন্তনা খোংবিরিবা
বাঁশী ঐগী শৈরোলসিনা নুংশি নঙগী হিরেন ওইনা

## বসন্তগী বাঁশী

গোম্বুরিদো হিদেন পাংনা
পাউথুম-মহাসমুদ্রদা
পাউথুম মাগী মখোঙ্জেলনা ঈহৌরিবা লমদমদুদা।

বাঁশী ঐগী থম্মোইদম্ভ তৌদ্রী নঙবু বসন্তনা
খোংহন্দুনা য়েক্লরো নুংশি-থম্মোই য়েম্নোহন্না
তৌদ্রী নঙবু হিরেন ওইনা হোম্বুরগে বাঁশী ঐনা
তৌদ্রী বাঁশী ইবানীনা
মালেম মৈচাক পুরদুনা
থম্মোই থম্মোই হাংদোক্লনা নুংশি-হকথেং নুংশোক্লনা।

নঙগী কাবালাইরেম্বীনা চাক্লবা তাইবঙ কোল্লিবা
তৌদ্রী নঙগী কবিতানা শাজবা ঈশৈ-মহুমদুদা
পুরকথিগনি পাউথুমদো মঙান মাবু পুরিবা
গোম্বুরাসি নুংশিবা
পাউথুম-হিদেন য়োনবা
নঙনা অমুক হিরেন ওই ঐনা অমুক হিরেন ওই।

য়োক্লরগা হল্লকপদা তিন্নখিনিদো শোয়দনা
নঙগী ঈশৈ-মহুমদুদা মঙান মাগা মালেমগা
তৌদ্রী-বাঁশী ইবানীবু বসন্তনা খোংবিদুনা
মালেম-তাইবঙ লৈকোয় শীন্না
মতম-তোর্বান ঈরানংন্না
কংখিগনি কাব্য-লৈহা কাব্যলক্ষ্মীগী থুম্নাদা।

মঙাশুবা শৈফম

( শক্কী তাইবঙদা )

# তৌশিন্নবা তাইবঙনি ঐদি

তৌশিন্নবা  তাইবঙনি ঐদি নু ঙাইবা মঙলানবু ঙাইরিবা
অওইবা তাইবঙদগী য়াম্না থাপ্না
অরাবগী নাহেখোন তানীংদবনা।
অয়ুক্কী চেক্লানা য়োঁদবা অথুপ্পা লৈরোল্ল মথাদা
যুগ কয়া চুপ্পা লৈরক্লবা শরুমচেৎকী তেংথাখোন্না
পেৎহুলনবা ঙমদ্রবা থম্মোইনি ঐদি,
কংলবা লৈকংনি মুংশিখঙদবা—
অকেনবা কদম্না চাইরিবা অশংবা নাপীনা শংলবা
পুক্নীংতুরবা কুয়োম্না কৃপ্রিবা।

কপখিদো  অচুঙৈ থরাম্মিচাক্না অমম্বগী থম্মোই কায়না
কৌরকপদা মায়াগী শজীনা
শুক্লবা পঞ্চবটী উমংদা
থম্মোই শোক্লবা খোঞ্জেন্না 'লক্ষ্মণ লক্ষ্মণ' হায়না।
তৌশিন্নবা তাইবঙনি ঐদি অচুম্বা তাইবঙবু রাহনবা,
তৌশিন্নবা পাথৌনি ঐদি শিখণ্ডী মাঙদা থমদুনা
ভীষ্ম কয়াগা লাম্থেংনরিবা
অনীংবা পম্থুংদি মায়খুম্না খুম
মীয়ামগী য়াইফজয় লাউশিন্নরিবা।

তৌশিন্নবা খোঞ্জেন্নি ঐদি ঈশৈ লৈতবা থম্মোইদৈ থোরকপা
সামবেদগী শৈরোল শকচিন্নবা
নাপলচেল্লবা নাস্তিক্কী খোঞ্জেন্নি ঐদি—
ঋষিগী লাইনীংকোন্দগী পাউরকপা 'শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্'
লাইনীং-খোঞ্জেলবু নক্কৎপা
তৌশিন্নবনি ঐদি তৌশিন্নবনি তৌশিন্নবগী পাউখুম পীনবা –
থাজরুনু নুরা অপঙবী !

হায়জসনু ফলা শাজাহান শাদুনা 'নঙদি ঐগী মমতাজনি',
তারুনু শানৌ মীনম্বনি
মমতাজ-শাবী নুরাগী লোনম-থম্মোইগী লমন্ খুম্বনি,
তৌশিন্নবা থম্বনি ঐদি তৌশিঙবী নুরা থোইবীগী।

লেংলিদো থুৎহৈবা কনান। মশাংনাইদ্রবা হৌগ্রবা কুম্লাং কয়া
তাইবঙ মঙলান অনৌবী ওইদবা লৈপুন-পরেং।
অরিবগী অরেইবা নুমিৎসিদা
অরা-নুংঙাইগী চায়ম্পুংদা
তাইবঙ ঐগা মঙলান নঙগা নুংশিনা চৌল্লোক্লুনা
ফম্মিন্নরসি ইবানী
ঙাইহৌনা লৈরিবা মকমদুদা অচুম্বা তাইবঙ অমনা।

ঙসিদগী শতাব্দী কয়াফাওবা হঙ্গৎনা য়েংবদা তারিবা খোঞ্জেনসে
শতাব্দী কয়াগী মতুংদসু
তাখিগনি হোংবা লৈতনা অহল ওইবা নাইদনা
পাখংমচা ঙইরিঙৈগী বসন্তমচুনা শঙলবা
ঈহৌ পুম্নমক্কা লোয়নননা,

## মরিশুবা শৈকম

ওইদবা রারীগি পাথৌনা নিংথোগী মচানুপীবু
হিংচাবী চাতরেংকী খুঙ্গঙদা সনাগী চৈশূনা শোক্লুনা
হিঙ্গংহনবগা লোয়ননা,
লায়রব-ঈনাকখুনবা কয়াগী অরা-নুংঙাই মরক্তা
তাখিগনি খোঞ্জেন্দো
কৌদোংলম্মোইবনা হংবদা
'অয়োয়ো ইবুঙো অয়োয়ো ইবুঙো' তনিক তনিক খুমজবা
কৈথা পোল্লবা পেবেংনা।

ঐদি তেংবানপুম্বা য়োংপা ঙম্বা পামশিন্নদবা অপাম্বনি
পেনখা নাইদ্রবা থনবা লৈত্রবা।
লৌনম্বদা লময়োবা অশোনববু য়োংঙম্বা য়ায়তোঙলবা পাঙ্গনবা
'ফৌ শঙবায় অচোনবা ঙারী পরেং অচুম্বা
ঈশিং পুন মথনবা রারকী তয়াল অঙাঙবা'
হৌদোংলম্মোইবগী খুভম মিহৌজরবা ঐহাক্তি
লৌনমচাউরবা পুকচেলখোয়রবা।

ঃহৌখরে যুগ কয়া মতমগী কাংখোঙনা লেপ্তনা লয়বদা
লোইবনাইদবা লমশাঙ শীৎনা,
উৎশ্রে শক্লোল কম্মাসু তাইবঙ ঐগী য়াওল কয়াদা—
অদুবু হোংবা নাইদে তৌশিন্নবা থম্মোইদি।
তকথায়বিরো ঐবু ংকখায়বিরো নুংশিহৈতনা তকথায়বিরো
মতম নঙগী কাংখোঙ মখাদা
থোক্লিফাওবা ঐগী অরোইবা ঈ মরীক
অচুম্বা তাইবঙ অমগী অশেংবা লাইনীং অমদা।

## বসন্তগী বাঁশী

লাক্লো অরিবগী অরোইবা নুমিৎসিদা তাইবঙ ঐগা মঙলান নঙগা
হূক্লরসি ইবানীগী লৈপুনপরেং
ওক্লুরসি অনৌবা তাইবঙ অমা
মপূংফারবা অওইবা ফজবা তাইবঙ।
চৎলসি মঙলান চৎলসি অরাবগী নাহেখোন মরক্তা
চাকনিবনা ওন্থোইনা কপ্লিবা
লম্বীগী উফূল মথক্তা,
তারুরসি নীংবকায়বশিংগী ফূইনা হোল্লিবা নুংশামপী,
শিন্থবিরুসি পিরাঙ মরীক থরদং লৈথা তারবশিংগী চাক্লবা থম্মোইদা—
চৎলসি মঙলান চৎলসি
অনৌবা তাইবঙগী লাইনীংদা অরোইবা ঈ মরীক পুদুনা।

নৈখায়রসনু শেগায়রসনু তকথায়রসনু থুগায়রসনু
লূপ্লসনু লোইরসনু তৌশিন্নবা থম্মোই
অরিবগী অরোইবা নুমিৎসিদা—
লাক্লসনু অনৌবা অযূক অমা অশেংবা থম্মোই পুদুনা,
চেল্লসনু শিংলী খুদিঙদা
থোজাল মহী-পুরবী যমুনা জাহ্নবী,
শক্লসনু অযূক্কী চেক্লানা তাইবঙ-থম্মোই ঈহৌনা
শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্
ওঁ শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্।

# শক্লোল-সমুদ্র-ঈয়ায়দা

মাঙখ্রে ঙসি ঐগী পুক্নীং যৌবনগী বন মনুংদা
অঙাঙবা অশংবা অনৌবা অথুম্বনা
লোইবা নাইদনা ঈথক হৌরিবা নৌনা নৌনা হোংনা হোংনা
মাঙখ্রে ঐগী মীৎ অনী শক্লোল-সমুদ্র-ঈয়ায়দা
নুংঙাইবা নুংশিবা ফজবনা ঈরাঙ হৌরিবা
শক্নাইদবা খোঞ্জেল্না তত্তনা মশক তাক্লিবা।
শক্নী সমুদ্রদা লম্মাঙনবা—অসিগুনি যৌবন-শিল্লীনা পামজরিবা
শক্লোল অমদগী শক্লোল অমদা
ফজবা অমদগী ফজবা অমদা
অনৌবা অমদগী অনৌবা অমদা
পন্থুং নাইদনা চৎপা খোঙচৎ—শক্নী ময়াইদা শুক্নত্তুনা।
পীনহৈবা লৈশেম্বগী লোইবনাইদবা খূদোন—
ঋতুগী শাথেক খোঞ্জেলগী ঈথক
অসিতনি শক্নী শিল্লীনা পামজরিবা
লোইবনাইদব খূদোন লোইবনাইদবা শক্লোল
ফজবগী বীণাদগী চিংথোরকপা বিশ্বকাব্যগী শৈরোল।
খঙদসনু লৈশেম্বা মাবুদি উদসনু শিল্লী মহাক্কি
লৈসনু থূপ্না পানবিরবদি মহাক্নী খূৎশেম
মপান্নাইদ্রবা মহাক্নী শিল্প।

শক্নী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা উরিদো ঙসি
মীওইবসমাজগী শাইগোন্নুংদা—

## বসন্তগী বাঁশী

শৃঙ্গার-মহাবীর মুংশি-মুংওনগী পাথোরেল কয়া
জাতিগী পাঙ্গলবু তোংজি থাদুনা চুপথোকপা ওম্বা
মতমগী পাথোরেল—যুগকী কীরাল পায়বা।
অমুকস্নু উরি খূমন থম্বা মশুংলাংগী
কবোরাই হৌগনবী য়াঙ্গোইতোংবী বীরাঙ্গনা কয়া—
নোংবান-শাবা খম্বা শাবা শন্দ্রেম্বী চৈশ্রা লেডী ম্যেকবেথ
মুপীগী ঈকায়খুম্নবা ভাকপা পাথৌ নাইট্
মুপীগী ঈকায়খুম্নবা হাৎপা পাথৌ-হিংচাবেল—
মধুকৈটভ মহিষাসুর চণ্ডমুণ্ড রক্তবীজ
রাৎপা নৈতে শক্লোল-সমুদ্রসিদা।
পাম্বোম তরা পানবী মহাশক্তিদি
কুন্নাং অমদা অমুক্তং লাক্লম্মী মর্তদা—
হাৎপিরমদে চণ্ডমুণ্ড মাঙহল্লমদে রক্তবীজ,
নৈরি হৌজিকস্নু মশীং নাইদনা মধুকৈটভ মহিষাসুর—
থম্বিরম্মী চাইদুনা মমৈপানবা মুপা
মকোইহৌবী মুপী তংখায়শিবা মুপাঅমোম
লম্বাদা লীলা থোকপী মুপীলাবা।

অমুকস্নু উরি নৈশক খণ্ডবা সাহিত্যমালী—
নত্তবা নৈপাল থাজিন্দুনা সাহিত্যনৈকোল মাংথোক্লিবা
পুংলোল হৈতনা জগোই শাবা—অঙকপা কূম্মৈ।
অমুকস্নু উরি তত্ত্বগী দর্শনগী রাজনীতিগী চক্রিদা
পুস্লিবু তকখায়রগা
বিজ্ঞানগী চাংয়েংশঙদা অথুম্বা মহাও শুংল্লিবা—
বিচারগী মরৈনা

## মরিশুবা শৈকম

অচুম্বগা চুমদবগা রায়েলশঙদা চায়নহল্লিবা--
অঙকপা কুমৈনি শক্তী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা।

পুন্সিগী শিল্লীনা পামজরিবদি
তত্ত্ব নত্তে দর্শন নত্তে রাজনীতিগী শক্তি নত্তে
মরৈ নত্তে বিচার নত্তে বিজ্ঞানগী অঙকপা খুৎশেম নত্তে—
লৈশেম পুম্নমক্কী মরক্তা অথুম্বা মরী অমা—
অসিতনি পামজরিবা পুন্সিনা সমাজনা।
লৈতসন্নু তত্ত্ব লৈতসন্নু দর্শন
লৈতসন্নু রাজনীতি লৈতসন্নু বিজ্ঞান,
মুৎখিসন্নু মুৎখিবমখৈ—লৈহৌসন্নু অথুম্বা মরী অমতঃ
পুম্নমক্কী মরক্তা শক্তী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা
মনবা নাইত্রবা যৌবনগী ঈথক ঈহৌ
অনৌ অনৌবা ফজবা লোইবনাইদবা পাঙ্গল
মপান্নাইদবা নুংশিবা
মতমগী শৈথাঙ শৈথাঙদা পীড়না।

# মতমদুগী ইবানী

ঐগী অহাঙবা নুমিৎশিং অসিগী থোঙজীন্দা
মতম কুইনা উখিদ্রবা শকফম
লেপ্পরি শংশং শংশং ইমাঙদা লাক্লুনা।
ঐবু নোক্লগে লাকপরা
মমাঙথৈগী রাংহেলোবা নুংশি-খুদোন পীগে লাকপরা?
নহাকপু ঐনা ঙসি করিবু হায়না .কৌরসিগে?
পাঙ্গোং পাম্বী মখোঙদা অদুথৈ রাশক্লখিবা—
'রাগিণীগী লমদমদগী
ছন্দগী লৈরাং-চার লৌমিন্নরুরগা
মালেমদা থামিন্নগনি' হায়খিবা
কাউঙমদে ঐনা কাউঙমদে।

অদুবু মতমগী ইরৈনা থৎখিবনা
নঙগী চেংলৌ উখিদবা
কুমজা কুমওন য়াম্লক্লে—
তমথীদা মতম ওন্থোক্লস্থ।
নহাক্লা ঐগী নীংশিং-লৈকোন্দা মোমোন নোকচরবদি
হায়য়ু করি পুরকই—
য়াওরিবরা নঙোন্দা মমাঙথৈগী নুংশি-রাহৈ
থুম্লবা চীনবানগী?
পুরকপরা নহাক্কী ঈশৈনা-য়োম্লবা শাথেক?

## মঙাশুবা শৈফম

ফিজোন অশংবনা লৈতেংবা
তনৌরবা নঙগী হকচাংদা
কবিতানা ঈথক হৌবদু
উরি ওসি ইমাঙদা
ঐগী নীংশিং-লৈকোন্দা।

ওনথ্রবস্ন মতমগী শাইওন কয়া হোংদ্রি নহাক্কী নশক্তি
নোংনা থিৎলি তারবা
নোংমগী নুংথিল অমদা
নঙগীদমক হেকখিবা চিনিচম্পা
কাউদ্রি ঐদি কাউদ্রি—থোইনা হেন্নদুম নৌরক্লি—
ঐগী অহাঙবা নুমিৎশিং
কাংদনা শাংফম্নি নহাক্তা।
নোংমগী নুমিদাংরাইরমদা মালঙনা ভাওনা হুন্নদা
নঙগী ময়াইকারবা ঈশৈনা ঐবু ভাওহনখিবদু
কাউদ্রি ঐদি কাউদ্রি—থোইনা নোংহৌনা ভাওহল্লি।

অদুগৈ বসন্তগী শৈনিন্না
নঙগী পুক্নীং-লৈকোন্দা য়ৈরক্লবা মতমদা
'ঐগী কবিতা-লাইরেন্নী' হায়বা মিংগৌ অসিনা
নঙগী নুংশি-থম্মোইবু ঐনা কাইহৌরবদা
নঙগী অথূপ্পা থম্মোইগী পাউখুম
'নুংশিবা' হায়বা খোঙ্গেলবু
থম্মোইদা কোনশিঞ্জরগা
ঐডোন্দা 'হিংচাবা' হায়না চৈদুনা
মরম ইরৈ লৈতনা ফম্লেনথক্তা ওনখিবা—

## বসন্তগী বাঁশী

'থেক্কিনু থেক্কানু মীৎচিনা খোইথোয় সনানু'
মরাঙ ঈহৌ হৌদুনা শাথেক-ইপোম লাংখিবা
কাউঙমদে ঐদি কাউঙমদে—
ঙসিস্নু নৌহৌনা য়ৈরবি
হরাও-নুংশি য়াম্নবা 'হিংচাবা' হায়বা থোঞ্জেন্দো।

সহরগী চিদাই অমদা
সনালম্বী ময়াগী বিজুলী থাউমৈ মথোঙদা
মালঙ-ইপান লাংদুনা নোংমা ইবানীনা লেপ্লিঙৈ
নোংনুংশিং অকনবা খঙহৌদনা লাক্কুনা
বিজুলী থাউমৈ মুংথ্রবদা
নঙনা মিপাইরদুনা অমম্বদা মাদুনা
ঐগী ফিজি লাম্নকপা
নঙগী নৌরবা খুজেংবু ঐনা খুথেংনবদা
ঐগী থম্মোই-অতিয়া শীন্না
খঙহৌদনা নোংথাঙ কুপখিবা —
মুত্রি ঙসিস্নু মুত্রি
কুপ্লি অতুঙৈগী নোংথাঙদু
থোইনা হেন্না লংদুনা।

লমদা থাগী মালঙনা ঙাওন ফৈন হুম্বদা
হেলোয়লৈরাং লশিংলৈ
মদোম-রাখলদা হাইদুনা
নঙগী জগোই-শাথেকপু উৎলরিনে ঐঙোন্দা।
নারুমগী শম্লাং মরক্তা তথেল্লে নাচোম চিল্লিবী
শকহেনবীবু উরগা

মতমদুগী নহাক্না থম্মোইবু হুদুনা পুখিদো।
মমাঙডৈগী শকফমদো ঋতুনাইদবী লৈরাং ওই'
ঐগী পুন্সি-লৈকোন্দা
মতম কাংদনা শাংলরি—
ঐগী অহাঙবা নুমিংশিং অমৃত-ঈরাঙ ঈহৌরি।

ইবানীগী ঈশৈনা নিনখিবা লমদম নীংথিবা
কবিতাগী শান্নফম
থম্মোইগীদি য়াকায়ফম
লূপখ্রে মতমগী ঈরোন্নুং অঙকপা ফংনা ওনখ্রে—
লৈখিদ্রে চিনিচম্পাস্থু
হৌখিদ্রে পাঙ্গোং পাম্বীস্থু
পাইরক্ত্রে মমাঙডৈগী চেক্লাস্থু।
হোংখ্রে সমাজগী পুক্নীং ওনখ্রে সভ্যতাগী মশক—
অদুবু লেদঙনা লৈরি
মতমদুগী শকফমদি
ঐগী নীংশিং-লৈকোন্দা শিদ-লৈরাং ওইদুনা।

কাউরবরা নহাক্কি
ঐগী তনিকপা থম্মোইনা
নঙগী নুংশি-নকাদা অদুঙৈদা হায়খিবা—
'য়ারম্নবদি ঙাঙথোকপা মীৎকী লাইজনা
তাউথোক্লমগনি মালেমসে ঐগী পিরাঙবা,
ওইরম্নবদি তম্ফায়াইগী খোং
থেংলমগনি নুমিৎ খুদিঙ নঙগী শমজিদা
তম্ফাগী নাচোম

## বসন্তগী বাঁশী

শেমজন্দুনা ইখুৎমক্ক নুংশিবা পুম্বা হৈজিন্দুনা
অমুক্তা উদ্রিবা নাচোম—
অদুবু নঙোন্দা পীরবনি
অথাকপা লৈতনা লোইনা চিংথোক্কুনা পুন্নমক ঐগী,
লৌবিয়ুনে খূদোন অসে চিংনবা লৈতনা অমুক্তদি।'
অম্মুম্না খূদোন তমজবা মতমদুদা
নহাক্না ঐগী লেংবান্দা থমখিবা
নঙগী শম্লাংমপৈবু ঐনা চেংনা কোনখিবা
কাউঙমদেনে ঐহাক্তি
কোনজরিনে হৌজিকস্তু।

মতমগী নীংশিং-লৈকোন্দা থারগেকো নহাকপু
কল্পতরু পাম্বী ওই' থম্লগেকো নুংশিবী—
নঙগী নীংশিং-শক্তম্না
ঐগী পুন্সি-ঈচেলদা অমতা ওইনা তিন্দুনা
চেম্থরসনু ইবানীবু পুদুনা।
লমথৈদগী লমথৈদা ঈচেল তোরৈ ইন্দুনা
নঙগী লৈনা লৈনাদা
ইরিবা ঐগী খোঞ্জেলসে
কুমজা লীশীংগী মতুংদা পাহৌসনু মতম্না।

লাঙোন কয়া কয়াদা শক্লোল কয়া ওন্দুনা
নঙস্থু ঐস্থু চংখিনি মায়কৈ কয়া কয়াদা।
অদুবু লৈহৌগনিদো মতমগী লারোল মথক্তা
মতমদুগী ইবানী

মঙাঙ্গুবা শৈফম

খোঞ্জেল পূম্বগা লোয়ননা
কুম্মোল কয়াগী তুংদস্ু।
নঙগী ঈচেল ঐগী ঈচেল
খঙদ্রবস্ু নঙনা ঐনা
মতম্মদি চেংনা লুনা থম্বিরিদো কাউংমদনা—
মতমদুগী ইবানীদি
লৈখিনিদো নুংশিননা।

# খুজি শিবা খুজেং

মাস্থ খঙদে মীস্থ খঙদে
তেংবানবসিদা ঐতনি খঙবা
ঐগী নুংঙাইজবসে—
য়াচঙবগী লৈনম্না হারবা লম্বী ময়াগী
চিঠি-উপু ময়াদা উখিবা
মাগী খুজি শিবা খুজেং,
কনাগী মপাউ পুবনো খঙভমদবা
চিঠি অদু থাদরম্মগা
মুশি মুশিবা ৱাগী বন ফাওদুনা
চংখিবা মতমদা হাইরম্বা
মাগী খুজেং
কনানস্থ উখিদে কনানস্থ খঙখিদে—
মতমদুদা ঐনা কয়াদা নুংঙাইজখিবা,
ঐগী কল্পনাকুঞ্জদা
কবিতা কয়ানা মশা খপ্প ঈরাঙ হৌখিবা—
তেংবানবসিদা ঐতনি খঙবা।

অদুগৈ শান্তিনিকেতনগী কোফিহোটেলদা
খুজিগী কিং কিং খোঞ্জেলগা লোয়ননা
চমচম্ চোপকা কোন্নবা
কোফিগী কপ্ লাম্থোরকখিবা
খুজি শিবা খুজেং অদু
নীংশিংলম্মী মতমদুদা

## মঙাশুবা শৈফম

ঐতনা খঙখিবা নুংঙাইবদুগা লোয়ননা
অসিগুম্বা মুশি মুশিবা য়াচঙবা মতমদা
কবিগুরুগী কাব্যরসনা
লৈচ্রেঙ নূংঙ্রেঙফাওবা থুম্লবা
অঙাঙবা লৈপাক্কী লমদমদুদা।

অদুগা অমুকস্তু নীংশিংলকখি—
অদুদৈ রাজস্থানদা
জয়পুর সহরগী লায়েংশঙ অমদা
ফমলেন য়াওনা লৈরিদৈ মতমদা
ঐঙোন্দা হীদাক ইনবিখিবা
খূজি শিবা খূজেং অমস্তু
ঐতনা খঙখিবা নুংঙাইবদুগা লোয়ননা
অনাবা কয়াগী নাহেখোয়া
নিল্লবা মফমদুদা।

অদুদগী অমুক শিলোংগী মীথুংফম কা অমদা
উখি নোংমা
খূজি শিবা খূজেং অমস্তু
শাইনোন চোইনা তারিবা
ঙাঙ্গানবা চূবা মেত্তনা লৈবা—
‘পুন্সিগী জয়’ হায়না শৈহৌবা
থম্মোই শোক্লবা ঈশৈ শক্লা শক্লা,
খঙখিদে কনাস্তু ঐগী নুংঙাইজবদু
খঙলরোই করিগুম্বদস্তু কনাগুম্বনা।
অস্তুম তোনা খূজেং অমবু খূজেং অমনা
মথং মথং নীংশিংহনখিবা মতমদুদা

## বসন্তগী বাঁশী

চংখি পুক্লীংসে
লমদম অমদগী লমদম অমদা—
মরী ইরৈ লৈনদ্রবা
থৌদোক অমদগী থৌদোক অমদা।
অদুবু খঙখিদে কনানসু
মতমদুদা হৌখিবা
ঐগী কল্পনাগী ঈথক ময়ামদুদি—
লৌশিংগী নাপলনা ময়াইকারবা
অখঙবা শাবা তাইবঙনা
খঙদবা কয়া খঙলক্রবস্থ
ঙমরোই খঙবা ঐগী নুংঙাইবদুদি,
তেংবানবসিদা ঐতনি খঙবা
ঐগী নুংঙাইজবদি —
অসিনি তাইবঙগী নুংঙাইবা
অসিনি নুংঙাইবগী শক্তম
ঐতনা খঙজবা
ঐতনা নুংঙাইবা।

## শান্তিনিকেতনগী ছাতিমমখোঙদগী
## শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমগী লৈহাউমখোঙ

ছাতিম মখোঙমক্তদা উপাসনাবেদী লৈরিবা
মচুগী নাকল ওইরপ্পা
ছাতিম মশাদগী য়াম্থরকপা
উরীগী হরিবান্দোংনি
নোংমা মানা হাইখিবা—
বেণী শয়োল নীংথিবা খোইখোয় মাগী মশয়াং
তুংয়ান থক্তা য়েদুনা
ঐনা অমুক ঈন মানা অমুক হাই
কল্পনাগী লমদমদা মচু চামা ফম্দুনা
মাগা ঐগা শান্নবা
শিল্পী কনানা ওয়রোই
মাগী তুলিনা য়েকথোকপা।

অসিগী মতুং কাইনথঙদা শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমদা
মনাপুংলবা উশানা
লৈমায়দা হাইথ হাইথনা
নেম নেম হোৎপা লৈহাউগী
মখোঙদা নোংমা ফম্নম্মী
হাইথরকপা উশানা মায়থোং তংথায় লুমশিন্না—
রাখলদা রাঙাঙদা

বসন্তগী বাঁশী

দেবকন্যা ওইরবী থম্বাল্লৈগুম শেংলবী
আশ্রমচন্ লাইনীংবী নৌরিবী নুরা অমগা
কুণ্ডলিনীনা আত্মাবু
য়েৎপগী ৱারী শাহ্নুনা
মশা থপত্রবা পুক্নীংনা।

ছাতিম মখোঙদা অদুগৈ হৌখিবা মচুগী ঈহৌদো
লৈহাউ মখোঙ অসিদা
চীক্লা মেঙলবা শক্তমদা
খঙহৌদনা লাক্লুনা
তিনথি মচুগী ৱাংমদা।

আত্মা-কুণ্ডলিনীগী থূপ্লব। তত্ত্বগী লমদমদা
বসন্তগী মঙলান্না
অওইবগী লাইনীংদা লুপথিবা ঋতম অসিদা
পাইঙমদনা লৈরম্বা ঐগী পুক্নীং পূৰদো
তূফাং থপ্লা পাইজখি
কল্পনাগী লম্বীদা
অওইবগী মঙান পাংহ্নুনা।

ছাতিম লৈহাউ অনীগী তিন্নফম নীংশিং—অতিয়াদা
সুমিদাংৱাইরম খুদিঙগী
মোংজাবী কয়া লাক্লুনা
সরস্বতী লক্ষ্মী অনীগী
অপুনবা শক্লোল পুরবী
ছন্দলক্ষ্মীগী শক্তম্থু উৎলরি ঐঙোন্দা ঙসিফাও—

মঙাশুবা শৈফম

মতমগী চাংজো পাথোক্না
খোংলিবা ভাইবঙ—বীণাগী খাঙওমদ্রবা সুরদা
জগোই পুংলোল চানবু শাথেক কয়া উত্তুনা
ঐগী পুন্সি-বীণাগী
তূমদুনা লৈবা ভারদা
য়ৈররি অওইবগী মপাউখোন।

তরুকওবা শৈরুম

( সভ্যতাগী ফূম মথক্তা )

## নত্তবগী লমওঞ্জে

অশিংবা শাদুনা উরুমদা লোৎলিবা
কনানো হে কিগনবা
পম্বুংবু য়েংদুনা থৌরাংবা ওমদবা
থৌরাংবু ইন্দুনা পম্বুংবু লেপ্লিবা
নত্তে লমওঞ্জে থৌরাংনা পম্বুংগী
পম্বুংনা থৌরাংগী লমওঞ্জে ওইদুনা
চওশিল্লু হে কিগনবা
পম্বুং লেপ্তবা পুন্সিগী শাইগোন্দা
নুংঙাইবা তম্লিবা ?

মীনম্বা প্রেষ্টিজনা অয়ম্বা পুরুৗংবু
য়ুখল মরুমদা লোত্তুনা থম্লগা
মপোপ কায়দবা পুন্সিবু কোল্লিবা—
অর্থ নৈতবা ইজ্জৎকীদমক্তা
থৌনাফবা থবক্তি তৌবা ওমদ্রিবা
নশাতগী ইজ্জৎনা ইজ্জৎনি খল্লিবা
জাতিগী মিংচত্তি তুংওইনা থম্লগা
ইজ্জৎ খওবা শারিবা
হে মপোপ কায়দবা !

## তরুকণুবা শৈফম

থুগায়য়ু নশাবু অমুক্তা জাতিগীদমক্তা
শেগায়য়ু নশাগী ইজ্জৎপু
অচৌবা পন্থুংগীদমক্তা।

হে নত্তবা! অওইববু তাথীবনা নশিজাং ওইরিবা
নঙগী কল্লকপগী লমওঞ্জেনা
অওইবগী শক্তম্ব লান্না উৎনবা হোৎনবা
থুগায়য়ু অমুক্তদি নশাবু
মকুপ তানা তকথায়য়ু
মীনম্বা প্রেষ্টিজনা নশাবু চেৎনা কোন্দুনা
অখুবা রাখলগী লমথৈনুংদা লৈরিবা
মপান্নাইরবা তাইবঙদা অখুববু পুজা তৌরিবা
থোরকউ অমুক্তদি মপান্দা।

ময়ুমগী অরাবা তুংওইননা
লৈবাক্কী রাখন্নবা মীবু তাথীরিবা
হে উৎ চাইবা হৈবা অশিংবা
তাথীগনু নিংথৌনি মহাক্তি
চাকনিবা ফনা ওইদুনম্ত।
মীগী লমচৎপু
মরম—লৈতনা-নুংশিদবগী
লমওঞ্জেনা ওন্দুনা
শেরান্নবা উৎনবা হোৎনবা
থোরকউ অমুক্তদি
য়েরুবগী শম্বল রাংমদা
নুংশিনবগী অহাঙবা মালঙদা।

## বসন্তগী বাঁশী

চাদিং তৌবা হৈতবা হে ঈনাকখুনবা
ভূংশিনবদনা নথোদাং ওইরিবা!
ভূংশিনবা লৈতনা
জাতিগী থোরমদা মীওইবগী য়াইফনবা
শেমগৎপগী থবক্তা চাদিং তৌবশিংবু
লায়রবনি খন্দুনা নাপল তৌরিবা
নত্তে নঙদি ঈনাকখুনবা—
থম্মোই লৌকগ্রবা জাতিগী ঙুংশিবা খঙদবা
মীওইবগী য়াইফবা খন্দবা
চাদিং তৌবা হৈতবনি নঙদি।
থম্মোইদা লায়রবা নঙদি
ফূরা দোলান ফনা শাদুনস্ত
সনা লুপাগী মপু ফনা ওইদুনস্ত
লায়রবনি নঙদি।
ওইসনু পণ্ডিত ওইসনু নিংথৌ
থম্মোইবু য়াওদ্রবদি
থরোই অহাম্বনি মহাক্তুদি।

পোৎলুম য়াওদনা চেল্লিবা নঙনা
পোৎলুম কোকথোং পুদুনা
চেল্লিবা মীদুবু
পাঙদবনি খল্লিবা হে অপঙবা
নত্তে নঙদি লমজেল হৈবা—
ফনা মাঙ থাদুনস্ত
পোৎলুম কোকথোং কিবা অয়ম্বনি নঙদি।

## তরুকশুবা শৈকম

চীংদোন অমদগী চীংদোন অমা লাম্না
ঈশিংদগী কংফান্দা নোংথক্তগী নোংখাদা
অরেপ্পা লৈতনা চোংতুনা
লাম্মেংনব্রিবা থৌনাফবশিংবু
অরেপ্পা নাইদবা লমচংকী মীওইনি খল্লিবা—
অহোংবা পামদনা
উরোং খিন্দুনা লৈনীংলবা নহাক্তি
অয়ম্বনি হে অরেপ্পা
চোংবা কিরবা।

নগুপদি য়াওদনা
মমল লৈবা শাতুনা হিংনীংলবা নহাক্তি
শিরবনি হিংনা হিংনা
মমল য়াওদ্রবা পুন্সিবু কোল্লিবা
হে অর্থ—চেন্দ্রবা।
তেনসম্নু মতম থম্বালগী পুন্সি
মতম পুন্নমক্তৌনি মাগী ফজবদি—
ফনা কুইনা হিংতুনম্নু খোংনাং পাম্বীনা
থম্বালগী ফজবনা মহেনগনি
কুইনা পুন্সিবদি।

অতুনা হে নত্তবা
নঙগী নত্তবা-মীৎয়েংনা লমওঙ্গে ওইতুনা
অওইবগী শক্তম লাকপা
ডম্নরোই হে কল্লকচাউবা
তাথীহৈবা কিগনবা হে অয়ম্বা!

## বসন্তগী বাঁশী

লানফম্ন্ন্ন্নু কিদুনা
মীনম্বা প্রেষ্টিজগী মরুমদা থূপ্লিবা
মপোপ কায়দনা অচৌবা শারিবা
পোৎলূমদি পুদনা লমজেল্ল য়াঙবা শারিবা
চাদিং তৌবদি হৈত্তনা ঈনাক খুনবা শারিবা
চহী য়াম্লগতা
কুইনা পুন্সিবনি খল্লিবা—
নত্তবা নঙগী লমওঞ্জেত্তনা
তাইবঙগী শক্তমসি অরানবা ওইহল্লি,
সমাজগী পুক্লীংদা হূ চাইদুনা
অথুম্বা তাইবঙবু অখাবা ওইহল্লি।
অদুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
নত্তবা নঙগী নকাদা তত্তনা য়াকৎলি।

# সভ্যতাগী ফূম

লৈশেমগী লূরবা লাইজথক্তা তাউরিবা
মপানগী মীৎলমদা ফজনা উরবা সভ্যতাগী ফূম অসিদা
শুমিৎচুপ্পা তারিবা নৈহৎপগী নাহেখোন অসিনা—
মালেমমৈহোরোলগী অহানবা অয়ুক্কী
কূমলোল মরোল মরোল ফাওনা লৈরক্লবা
তমথীবা থম্মোইগী মশক—
তাক্লি ফজরবা তাইবঙসিদা,
য়েক্লি মীওইবগী ফজদবা মায়কৈ অমা
সভ্যতাগী ওন্নৈতনবা শক্তম।
করামচাউরবা বিজ্ঞানগী শক্তিনা
থারৈবাক্তা পজেঙফীরাল ফনা য়ুংলুরবসু,
শুক্নাৎতৈরবা শিল্পীগী শিল্পনা
অশিবগী মশাদগী
রাগিণী চিংথোকপা ঙম্লবসু,
রাজনীতিগী থাঙশাংনা
পৃথ্বী পুম্বা জয় তৌদুনসু
মীওইবগী থম্মোইদা লৈরিবা
তমথীবগী রাখলসিমদি
ঙমদ্রি মূথৎপা ঙসিফাওবা—
অদুনা বিজ্ঞানগী ফজরবা খূৎশেম্মা থল্লবা
সভ্যতাগী ফূম অসিদা
অমোৎপগী মপৈনা হার ওইদুনা

# বসন্তগী বাঁশী

পুক্লীংহূরবা হূপাম্বীগী লৈকোল
শেম্লি মীওইবগী পুক্লীংনা।

থম্মোইগী থূপ্লবা কাচিন্দা
মশাগী মিংচৎ পাম্বা রাখলবু
শাস্ত্রগী মরৈনা য়োমদুনা লোৎলিবা
মায়চৌ পণ্ডিত কয়ানা
ফজ্জববু নমথনবগী নমথাক তৌবা লাল্লোঙ
শীল্লি সভ্যতাগী মায়োক্তা
সভ্যতাগী মায়োকরা শোন্দুনা।
মরৈবাক্কী চাকনিববু সুংশিবা হৈত্তবা
মরৈবাকনীংবা কয়ানা
দেশভক্তিগী মচু শঙলবা ফিজোন শেত্তুনা
হোৎনরি সভ্যতা শেমগৎপা
সভ্যতাগী ওন্নতৈনবা রাখল থম্মোইদা কোন্দুনা।
ঋষিগী থম্মোইদগী চেম্থরকপা
লূরবা ভক্তিগী ঈচেলনস্থ শেংহনবা ওমদ্রবা
ওক্তবীগী শাইগোন্দা চাক্তারিবা
ওক্তবশিংগী হন্থরবা লমচৎনা
চাইরি অপুমঅশাগী মনম
সভ্যতাগী পুক্লীংহূরবা হূপাম্বী মরক্তা।

অদুবু অমোৎপা অরূবা কয়া পুদুনা
তাউরি পম্থুং নাইদনা সভ্যতাগী ফূম
মীওইবগী পুক্লীং থম্মোইগী
অঙকপা শকফম—

## তরুকশুবা শৈফম

মতমগী শৈথাং শৈরোল কয়ানা শেমগ্রবা,
মৈহৌরোলগী ষারীশীংবুন
পুন্সি-শক্লোল কয়ানা তিনগ্রবা
তাইবঙ-শক্তম।

অদুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
লাঙতক্নরি নুমিৎচুপ্পা ঈশৈগী তূফাং খপ্তুনা--
তমথীবা অমোৎপা লৌনম্বা থম্মোইনা শেম্বা
সভ্যতাগী ফূম অসিনা
অশেংবা ফজবগী শক্লোল মরক্তা
অথুম্বা থম্মোইতনা হৈজিন্দুনা শেম্বা
সভ্যতাগী হিদেন য়ৌখিনবা
অরুবা অশেংবা তোর্বান অমদা।

### ভরেৎশুবা শৈফম

### ( কংলবা ঈশৈগী তেংথাখোন মরক্তা )

## সতীধর্ম মাঙলবী কবিতা

তোর্বান অনীগী মরক্তা ঈচেল নাইনা লৈরিবঙৈ
শক্লম্মী ঈশৈ কয়া লেপ্পা লৈতনা—
অতপ্পা অথুবা খোঙচৎ কয়াদা
কেনা নোনা চৌংলেম্মা
ঈখোলাংনা লাঙতক্লনা
জগোই শাথেক পুতুনা
চেন্তরম্মী মায়কৈ শলাই শীন্না
অনৌ অনৌবা ঈহৌ পুতুনা।
অতুবু মতমগী করম্বা ইথিন্না
তোর্বান অনীদগী নাম্নোক্লুনা
অথিংবা লমখৈনুং অমদা লৈররে বন্দী
লোম্নোক্কবা পাৎকী লাইজ ওইতুনা।
কনাগী অৱাশৈশা লাংতুনা করম্বা সুরুংদা
চঙখিবনো ঈচেলদো
জগোই শাথেক পূম্নমক্কা লোয়নননা,
কনাগী অথুকপা খোল্লাউনা
থুপখিবনো ঈশৈ পূম্নমক খোমতুনা—
থুম্মু অমুক্তদি ঈশৈ চেন্দ্রবী কবিতা!
মীওইবগী পুক্লৌং থম্মোইদগী থোরকপা
অপুমঅশা মনম্না নঙগী লৈকোল পূম্নমক
নমথীবনা হা-হা লাউরবী,

## তরেৎশুবা শৈকম

নীংবা কায়না মায়থোং লাংশিন্না
জগোই শাথেক লেপ্লবী,
ছন্দ নাইদ্রবা শতাব্দীগী শক্তম শ্লোরবী কবিতা !
খুম্মু অমুক্তদি
লোন্থোক্তবা পাংকী লাইজ ওইরবী কবিতা.
বস্তুতন্ত্রযুগকী অরি-অনৌ চায়নপুংদা
যান্ত্রিক সভ্যতাগী ফীরাল পায়দুনা লেপ্লবী,
চুপ্নী য়াওদবা পুক্নিগী শক্তম ওইরবী
শাগৈ মশক খণ্ডদ্রবী হে শক্লাইদবী কবিতা !
বীণাগী শৈরোলবু তার য়াওদবা তুম্বাদা হাপ্লগুম
শৈরেংগী ফম্ফমু য়ারেংনা মুন্দুনা
কাংখোং চাইরবা পুক্নীং থম্মোইগী চাক্তাফম ওইদুনা
ছন্দশিল্পীগী পুক্নীংহূরবা লৈকোলবু
অনাবা সমাজগী লায়েংশঙ ওইহল্লিবা—
সমাজবু লায়েংবা কবিগী খোর্জেনা
খুম্বিয়ু অমুক্তদি
লাক্লরোইদ্রা ঈশৈদে। তুফাং থপ্পা পাইদুনা,
উৎলরোইদ্রা শাথেক্তো
থম্মোইগী পৌরোল পূম্বা হাংদুনা,
য়েংবিররোইদ্রা অমুক হন্না
সতীধম মাঙলবীনি খন্দুনা
ঈচেল মাগী মফমদা চঙজরবা মতমদা ?
য়াহং অসি পুদুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
মেঙলবা সনামচুগী মুংশানা শঙলবা
হঙ্গাম-মপানগী লম্পাক্তা
ওয়থোইনা ঈয়াঙ হৌনা ঙংলম্মী থাঙগুমদনা।

# বসন্তগী বাঁশী

অদুবু শতাব্দীগী শাইগোন্দগী কনানসু
পীখিদে পাউখুম—
পোকখি পুরক্লীংদা অকিবা অমা
সতীধর্ম মাঙলবী ছন্দ কায়নরবী কবিতাগীদমক,
হংখি হন্না হন্না থম্মোই শোক্লা
'লোখৎপিরক্লোইদ্রা মহাকপু অমুক হন্না ?'
আঃ করম্বা তমথীবা ইথিন্দগী
করম্বা সাহিত্যরাবণ অমা লাক্লুনা
পুথ্রিবনো কবিতাসতীবু
শেৎনবা য়াদ্রবা ছন্দগী শাইগোন্দগী।
মবেম্মা কবিতাবু কন্নবা হোৎনবদা
ছন্দভক্ত সাহিত্যজটায়ু লৈহোরেদো শাগন তেক্লুনা।
থারৈবাক্তা পজেঙফীরাল থেৎঙম্বা
পাঙ্গল্লবা হে বিজ্ঞান।
পৃথ্বী পুম্বা ন্নাকঙম্বা হে রাজনীতি।
শাস্ত্র পুম্বা লৈয়েংদা লৈরবা হে ধর্মনীতি।
মীওইপুন্সিগী চুপ্লী পায়রিবা হে অর্থনীতি।
খুম্মু নখোয়সু অমুক্তদি—
লাক্লরোইদ্রা সাহিত্যজগৎকী পাথোরেল
হনুমান জম্বুবান
মবেম্মা কবিতাবু লাঙ্গোয় চল্লিবা
রারেংগী উমং মৈ থাদুনা
সাহিত্যরাবণগী নাপল থুদেকপা ঙম্বা,
কবিতাসতীবু ছন্দগী শাইগোন্দা
অমুক হন্না পুরকপা ঙম্বা ?

# হে পুন্সি নঙবু নত্ত্রবরনে শৈরেং

খঙলম্মী তাইবঙনা নঙবু শৈরেং ওইনা—
কবিগী মঙলান-মচুনা ঈথক হোরবা
ফজরবা লৈকোল—মীওইবগী সংস্কৃতি সভ্যতাগী
লৈরাং কয়াগী শাৎকায়ফম।
অদুবু হে পুন্সি!
উরি ঙসি নঙবু ৱারেং ওইনা—
ঈশৈগী ধর্ম চেন্দ্রবা, ঈথক হোদ্রবা,
নুংশিবগী মফম লৈত্রবা,
ফজবগী মপাউ পুদ্রবা,
থম্মোই পান্দ্রবা উকং লৈকংগুম্না।
অরাম খোৱাংবনা চদৎনরবা কয়ানা
লৈগী বনবু অথুমঅহাওগী হোটেলনি খন্দুনা
থিরি চোপ সিঙাড়া সীতাভোগ জিলিবী
বনগী লমদম নৈখায়দুনা;
ফজবনা মহীচেল্লবা থাজবু
অমৃত মপাক ওইনা উদুনা
লাম্নি অতিয়াদা।
তাইবঙদা মঙাক্লবা কয়ানা তুরোয় ঙাম্নোয়ননা;
আর্টকী রাশি মতুম হাপ্লিবা
নুজাগী নাপ্পদা চিনবা তম্ফাবু
অমুনবা হৈৱাঙনি নীংদুনা
লুখাক্লোমগী অতাবফাওবা ফংজদ্রবা

## বসন্তগী বাঁশী

হুই হৌদোঙগুম্না
শারাক তম্লি চাক্তাঙবগী শরূ-মূর্তিশিংনা
খূজীম্না ফক্কদগী মথয়াৎ লাওনা কাথোক্লুনা ;
মৈখুগী ময়াই পামজবা কয়ানা
চূরূপ্প, মনীংতম্না চিংদুনা উৎ ওলহনবগুম
লায়রবা অশোনবা কয়াগী পাঙ্গলবু মৈ থাদুনা
মীনম্বা শক্তি কয়াগী য়াইফ-লম্বী শেম্নরি ;
লৈখাতারবা অতোনবশিংবু কৈরাক ওইহল্লগা
অরাংবা নাপলগী খুভম য়োনবা
কারি পাঙ্গনবা কয়ানা।

অসিরনে হে পুন্সি নঙগী শক্তমদো—
নত্রবরনে নঙবু অদুডৈদগী তাইবঙনা উরক্লিবা
পুক্নীংতুনা ফজরবা কবিগী কাব্যদো ?
হায়রি নোংদম্ব-লাইবু থাজবা কয়ানা—
'তাইবঙ-মৈচাক পূম্বা নোংদম্বগী শাপনি,
ইবুঙো মাগী খূজীম্নি।'
অদুবু, য়ানীংবরা হে নোংদম্ব-লাই—
মীওইবনা অরানবা তৌরগা
নোংদম্বদা থৈজিনবা অঙকপা পুকচেল ?
'নোংদম্বগী শাপ !' 'নোংদম্বগী শাপ !'—
অশোনবগী অয়ম্বা পুক্নীংবু কুপ্নবা রাহৈনি ;
নত্তে নোংদম্বগী শাপ, মীওইবগী মরালনি।

অরানবা চৎপদা হৈনরবা হে মীওইবা !
লৈখাতারবা লায়রবশিংগী মৈচাক্লা

# তরেৎশুবা শৈফম

শিল্প সাহিত্য সংস্কৃতিগী
লৈপাল পুন্নমক কংহন্দুনা
পুন্সি-খোঙচৎ অসিবু
ওইহল্লবরনে
খোঙথাংগী তাল পুখা ঙমদ্রবা
হাইরং হাইরং চৎপা
য়ুঙাওবগী অভিসার ?
হে অশোনব, লায়রবা তোনবদগী তোল্লবা !
নঙোন্দা লৈরিবা
মশীং লাকঙমদ্রবা মৈগী চৌংজাও
করিগী থম্মি অতূম্বা নোংশা তেঙ্গোলগুন্না ?
কাপথোকহল্লো লাভা মপৈ মপৈ
বজ্র চামগী শাফুগা লোয়ননা,
মাঙখিগনি মীৎকুপ্পদা মীনম্বা শক্তিশিং—
নথক্তা কৈরাক ওইনা নেত্তুনা কাখৎলিবা,
নখোয়গী পুক্নীং হকচাং থম্মোইগী পাঙ্গল পুন্বা
উৎ ওইনা চাকথেকহন্দুনা
অতোংঅরেমদা য়াইফ-খুভম ফংনবা হোৎনরিবা।
শীয়ু পাউখুম থবক্না
পাম্বকৈরেল চাতরেৎকী
খোয়বা খূজীল উত্তুনা থা-চৌক্লবা য়াশক্লা—
বসন্ত ঐগী বাঁশীনা হংলিবা
থম্মোই শোক্লবা রাহংসে—
'হে পুন্সি নঙবু নত্রবরনে শৈরেং ?'

## নিপালশুবা শৈফম

( ৱা ঙাঙনীংবগী লায়না চেল্লবা লমদমদা )

# ৱাচোই

মতুমক ঙাঙদ্রবদি হিংবা য়াদবা
অতুগুম্বা ৱাহৈগী শিনফম নত্তে
কাব্যগী কলমনা শূজরিবদি।
ভাজিলগী এনিদ্ কালিদাসকী মেঘদূত—
মতেং পাংনবা নত্তে কনাগীসু হিংনবা।
য়েংল্লুরবদি হিংনবগী মায়কৈদগী
নত্তে মখোয়সি মীওইবগী কান্নবা পোৎশক,
অতুবু ঙাল্লি ফজবগী খূৎশেম ওইনা
মীওইবগী মমল-নাইদ্রবা মণি ওইনা
মরম্নাইগী মঙান অমনা।
অতুগা ফজবগী খূৎশেমসু নত্তবা
মরম্নাইগী মঙানসু য়াওদবা
হিংনবগী মায়কৈদসু কান্নদবা
ৱাহৈ কয়া অমসু
থোরক্লি ঙাঙনীংবগী লায়না চেল্লবা
মীওই কয়াদগী—
রাজনীতিগী লৌনমচাউরবা চীনবান্দগী,
ওইদবা-সাহিত্যগী উৎ চাইবা কলমদগী।
ফজবগী খূৎশেসু ওইরবসু
অনাবগী চোইরোলবু ওইরবসু

মীওইবগী অথূপ্পা পুক্নীং থম্মোইগী
শক্তম কয়াদি তারি মমি
ৱাচোইশিং অসিদা।
থম্মবদি ঐখোয়না মীওইবগী ৱাহৈবু
কান্নবগী লমথৈনুংদদা—
ওয়ম্মোই থওবা
পুক্নীং থম্মোইগী অথূপ্পা শক্লোল কয়া,
ফংলম্মোই উবা
ফজরবা কাব্যগী খুৎশেম কয়া।
অদুবু অৱাবদি—
ফজরবা খুৎশেম কয়া পুথোক্লিবা
ৱাচোইশিং অসিবু
ঙাওনীংবগী লায়না চেনবা মীওইশিংনা
লম্বীদা লমহাওদা অনাবগী চোইরোল ওইনা
মাওহল্লি লাউদুনা।
সাহিত্যগী লমদমদা য়েংথোকখিবদস্তু
উবা ফংদে ফজবগী অনৌবা খুৎশেম,
দর্শন রাজনীতিগী মায়কৈদা য়েংখিবদস্তু
তাবা ফংদে মঙানচেনবা অর্থচেনবা
অনৌবা খোঞ্জেল—
থনখরে লৌশিং-মাঙলবা অনাবগী
অর্থচেন্দবা খোল্লাউনা।
কদায় ফজবা কাব্যগী খুৎশেম—
কদায় দর্শন কদায় শাস্ত্র ৱাখলগী খনি?
পুম্নমক ওইখরে ঙাওনীংবগী লায়না চেনবা

অনাবগী চোইরোল,
লাল্লোঙ শীন্নবা মহৈগী কিরবা মঙান—
পুন্নমক ওইখরে মশাগী অতোপ্পগী সমাজগী
অথীবা তাকপা খোঞ্জেল।
লুপখরে কদায়দা
পুন্সীং থম্মোইগী ফজবা তাকপা খোঞ্জেল?
তিনখরে কদায়দা
ফজবা পুন্সি-ফিদম উৎপা মীওইবগী রাহৈ?
ফজবগী অরাংবা লমদমদা
মশা থপ্পা পাইদুনা
থুম্নবা ঈশৈ শকপতনা মশিঞ্জাং ওইরম্বা
রাহৈগী চেক্লা
ফাজিনখ্রমাল্লে লল্লোনবগী
অথুবা হিসাবকী কোর মনুংদা,
কাঙবু কাঙবু মৃক্লবা য়েক্লবগী লাং মনুংদা,—
শকথিদ্রে ঈশৈ তাখিদ্রে অথুম্বা খোন্থোক
মহাক্কী খোনাউদগী।
সুংশিতৈত্তবগী থারবা পুকচেলনা
থাজিল্লদ্রে মীওইবগী রাহৈ পুন্নমক,
লৌনম্বগী মহুচেল্লবা লোনম্না
ময়াই চৎশিল্লক্লে অচুম্বা রাহৈ পুন্নমক,
সুংঙাইবগী ঈগৌনা থল্লম্বা মীওইবগী রাচোই
কংশিল্লক্লে নৈকংলাগী নৈংঙোইগুম,
কাম্নবা ওইজবগী রাংমদা
রসকী শাদোং ওইরম্বা রাচোই কয়া

## নিপালগুবা শৈকম

ওইজবগী শাদোং ওইদুনা
চঙশিল্লক্লি নোংম নোংমগী
কান্নবগী লমথৈনুংদা।
অদুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
তেংথারি নুমিংচুপ্পা—
ফজবগী মপাউ পুবা ঙমশিল্লক্রুবা
নুংঙাইবগী হৈহৌ কংশিল্লকুবা
মীওইবগী চায়থরক্লুবা ব্রাচোইগীদমক।

# আইডিয়াগী মমাশাবী অখুংবীদা

আইডিয়া অমত্তসু পোক্লবগী পাঙ্গল লৈজন্নবী
অখুংবী নঙনা আইডিয়াগী মমা শানবগীদমক
রায়জরুই লোন্না লোন্না অত্তোপ্পগী আইডিয়া কয়া—
নেকচরুই নরল-নথুম কয়া তিংথোক্লুনা
সমালোচনাগী লামায়দা নহাক্কী নত্তবা আইডিয়াবু
নহাক্কী ওইনা শন্দোক্লবগীদমক।
অঙকপনি নঙগী লাইনীং মিংচৎ ফংনবগী
মহাওচেনবা খোল্লৌক অমত্তসু থুংলক্লবী নহাক্কা
অতোপ্পগী খোঞ্জেলবু নহাক্কী শাচুনা ঙাওনবা হোংনবা—
ওন্থোকপা লায়নানি অখুংবী নহাক্কী।
ওইররোই ওইররোই অশেংবা পোত্তুদি
লাইরানা হয়রবা তম্ফায়াই কয়ানা
য়োম্লবসু নশাদা
হোররোই হোররোই আইডিয়াগী চার অমত্তসু
মরুভূমিগুম্না কংলবী লৈহাওচেন্দ্রবী
অখুংবী নঙগী পুক্নীংলমদমদা।
মমাওইবীগী ইহুন ফাওদ্রবী নহাক্কী থম্মোইদা
করম্বা অনৌবা খুংশেমগী য়েনীং হুনগদৌরিবা।
পুন্সিগী অশেংবা মশক থঙদ্রবী
মায়কৈ অমা য়াওদ্রবী
তংথায় ফুল্লবীনি নহাক্তি।
অদুনা হে অখুংবী আইডিয়াগী মমা ওইজনীংবী
থাদোকউ আশা মায়াগী শজিবু ফাননবা,

## নিপালিগুবা শৈফম

মরুভূমিনি নহাক্তি মরুভূমিনি
কংবনা নহাক্কী ধর্মনি—
মমা নত্তে নগুদি মমা নত্তে,
মীগী মচানা নচা শাবীনি
মীগী মরলনা নরল শাবীনি।

য়েংউ নহাক্কা পাংথক ওইরবা
অওইবশাবা 'নত্তবা' কয়াগী নাপলনা
নোংদোন পক্কা ঋাংথ্রিবসি—
নোল্লুক্কা য়েংদে মখোয়না
অওইবশিংগী মায়কৈদা অমুক্তশু,
হৈতে ঈকায়খুম্নবা অশেংবা মরল চেনবশিংবু,
অশাদনা অওইবনি থন্দুনা
থম্মি অওইববু থজিন্দুনা মশাগী নাপলনা।
অদুনা নোংম নোংমগী ওইশিল্লক্লি 'অশেম্বা'
মীওইবগী পুক্নীং থম্মোইসি—
চংথ্রি মথং মথং অওইবা পুম্নমক
মীওইবসমাজদগী।
অদুনা হে অখুংবী নহাক্কী নত্তবা ওইদবা আইডিয়া
শম্মোকশু নহাক্কী শাদুনা—
পীষ্মু নহাক্কী অশেংবা অদুগা
অকংবা মরীক ওইরবশু,
ফজবা খুৎশেমনি মদুনা নহাক্কী
সমাজবু ফজহন্নবা নহাক্কী অথোইবা খুদোল্লি।
মশক থী মশক থী ওইদবা অশেম্বদি,
মুশিন মুই শাথীনা মুই

## বসন্তগী বাঁশী

হৌদোং অমুবীদগী হেন্না নমথীনা মুই।
অদুনা ফজবতা পামজরবা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
অখুংবী নংগী কংলবা পুক্লীংলমদমদা চঙহনা
খোংলি মুমিৎচুপ্পা ওইদযবু ডাকথোক্লুনা
অওইববু লৈহন্নবগীদমক—
ঋতু ঋতুদা কুমজা কুমজাদা
যুগকী শাইওন শাইওন্দা
ফজবগী অনৌ অনৌবা শক্লোল পুথোক্লুনা।

মাপলগুবা শৈকম

( কবিতা-নত্তবা কবিতাগী লম্বদম্বদা )

## নত্তে শন্দ্রেম্বীচুদি

অচাইবা চোইরোল ময়ামগী
লৈচন নাইদবা নাচোমসে
নত্তে নত্তে মহাক অদো,
গাইত্রং শত্রংগী পোথমনি—
লাল্লোঙ অমগী পোশীন,
লংলা য়াওদনা চোইরেং লেংবা
নিংদোন পোম্বা রাখলগী
চোইখোম পরেং,
সমাজগী অকায়-অতোয়
পুন্সিগী অথীবা শন্নক
পূম্নমকসিগী মমি তাবা
মতমগী খূৎশেম।
নত্তে নত্তে
পুম্নমকসি অমতা নংলমদরে,
অচুঙৈগী তয়াল অঙাওবচুদি
রাজনীতি সমাজনীতিগী রাযক্তা পাল্লমদরে।
হুইস্কি ব্রেণ্ডিগী হোটেলদা
হঙোই পোরোবী অত্তাউবা শায়চুনা
হীপ্পী-কট্টিং লময়োবা

## বসন্তগী বাঁশী

পাথং শময়োকপশিংগা ব্রাবী শারিবী
লিপষ্টীক্রা চীনবান্দা থোম্নবী
শমক্র য়েকপী নূরা মহাকস্থ নংলমদরে
ঐগী শন্দ্রেম্বীদুদি।
অদুবু পাথং চোচ্রোবশিংদুনদি হায়জরি
'মানি অদুগী শন্দ্রেম্বীদুনি।"

সমাজদগী য়াম্না থাপ্না
তাইবঙগী অকনবা খুথেং কিদুনা
কল্পনাগী লমদমদা মঙ মঙলিবা
মুস্থরবশিংগী খোর্জেদগী চেস্থরকপা
থবক্কী পুন্সিগা মরী লৈনদ্রবা
ব্রাথলগী ঈচেলদুস্থ নংলমদরে
ঐগী শকহেনবীদুদি।
অদুবু খোর্জেশিংদুনদি লাউজরি
'মানি অদুগী ফজবীদুনি।'
গ্রামাফোন্দগী মশা খঙ্গুনা পাইখোরকপা
মেছিনগী খোনাউনা শকপা
থব্রায়গী ইহুন য়াওদবা
ঈশৈ অদুস্থ নংলমদরে
অদুগী ফজবীদুদি।
অদুবু ঈশৈদুনদি তাকচরি
'মানি হায়নবী শন্দ্রেম্বীদুমক্তি।'

বিজ্ঞানগী অঙকপা পাম্বৈনা শেম্বা
সভ্যতাগী পুক্লাংহুরবা শক্তম কপ্পা

## মাপলগুবা শৈকম

উরি মোস্কো নিউয়োর্ক
টোকিও লণ্ডন সহর কয়াদা।
অদুবু উখিদ্রে অদুগী ফজবীদুদি—
লায়রবনা লাইত্তুনা নুংশাম্বর ফুল্লবা
অতোনবশিংগীদমক অশাওবা ফূদোক্তুনা
য়ুঙাওবগী চোইরোলগুম্লবা
মীচৈগী নোং হৈথরিবা—
মদুদসু লৈরমদরে ঐগী ফজবীদুদি।
অদুবু কবি-নত্তবা কবিশিংনদি লাউরি
'মানি শন্দ্রেম্বীদুনি
মতমগী ফিজেৎ হোংবতনি।'

অদুদি অমুক্তা য়েংসি
সভ্যতাগী নীংথিজরবা খূৎশেম ৱাংমদা
মহৌশাগী অহাঙবা অতিয়া মথাদা
অশংবা তিংথৌ মরক্তা লেপ্তুনা
অকোয়বদা অমুক্তা য়েংসি
স্নো পাউদর বোরোলিন
চন্দন খাউ মনম্না য়োদবা
অশেংবা নুংশিৎ মরক্তা
মতম পুন্নমক্কী সাবিত্রী সীতা
মক্তুবা সনাগী সাবিত্রী সীতা।
অনৌবা য়ুগকী ইথিলনা
সমুদ্র চামগী ঈচাও হৌরক্তুনসু
লূপহনবা ঙম্লরোইদবা,

প্রলয় চামনা য়োমদুনস্ু
চাকথেকপা ঙম্নরোইদবা
মতম পুন্নমক্কী অযোধ্যাগী রাম
মতম পুন্নমক্কী ভারতকী লাইনীংকোন
জাতিগী পুক্নীং থম্মোইদা তিনগ্রবা
লৈরি ঙসিস্ু মতমগা ঈরোয়নদুনা।
মতমগী ঈথক মথক্কা
মীৎকুপ খুদিঙ মুৎলিবা কোঙ্গোন মপৈগুম
মশীং নাইদ্রবা পুন্সিগী
মমল য়াওদ্রবা থৌদোক কয়া
মাঙখ্রি মতমগী ঈরোম্নংদা
মম্নি তাদনা মফম খঙদনা।
অদুগৈগী ঐগী শন্দ্রেম্বীদুদি
লৈরি ঙসিস্ু শকফম হোংদনা
রামরাজ্যগী কোন্নুংদা
ঋষিগী লাইনীংকোন মন্নুংদা—
চৎলি ঙসিস্ু স্বর্গ পাংনা
লফুগী পোঙ মথক্কা
মপুরোইবগী অশিবা হকচাং পুদুনা,
অনৌবা যুগকী লায়থুংনা
পুমথরবা সমাজবু
শোয়দনা হিঙ্গৎহনখিনি
হিদিঙ্গা শলোনবগী মচাগুম।
সমাজগী মথক মথক্কা তাউবা

মাপললুবা শৈকম

কাংথোং চাইবা শক্তম্বু
কবিতা মিংথোল পীরিবা
কবি-নত্তবা কবিশিংনা
ফনা কবিতানি হায়দুনসু
নত্তে ঐগী শংন্দ্রগীহুদি।

১২৫

# থম্মোই-লমদমদগী লৌশিংগী স্থরুংদা

মুংঙাইবা থিবগী
লেপ্পা নাইদ্রবা খোঙচং অসিদা
মীওইবা নঙগী পুক্নীংদা
ঘড়ীগী পেন্দুলমগুম্না হাইরক্নি অদুগী
ইশাগী মুংঙাইনবরোমদা অমুক
অতোপ্পগী মুংঙাইনবরোমদা অমুক,
লৌশিনবগী মায়কৈদা অমুক
থাদোকপগী মায়কৈদা অমুক।
য়েলহৌযুগনা মায়থুম হাংদোকপগা লোয়নননা
নিউগিনিগী উমংদা
হাডসন উপসাগরগী তোর্বান্দা
নোংপোক্কী লোংচুপকী
খঙদ-উদবা লমদম কয়াদা
মীগী শদোং মীক্পা চাদুনা
সমাজপুন্সিগী উৎসব ওইনা
হরাওকুম্মে কয়া তৌখিবা,
মরূপ মপাং চাক্নৌবদা
অহল ওইরবা মপাংগী শদোংবু
খোংদুনা পীজবগী রারী
মতমগী লাবোলদা য়েক্কুনা লৈরি
মীওইবা নঙগী কিরবা পুক্নীং মচুনা।
গ্রীক নাট্যকার সোফোক্লিসকী

খোর্জেদগী খোকখিবা
'কিং ইডিপাস' কী তাইদ্রেবা রারী—
মপাবু হাৎলগা মমাবু পুহোংবা!
ওইরবসু কল্পনা ওইরবসু অশেম্বা,
পৃথিবীদা সভ্যতাগী খোঙচৎনা অমম্বদা লৈরিঙৈ
শাগী যুগকী মীওইবনা চৎখিবা লৌচৎ অমদি
উৎলি ফজনা ময়েক লানা।
ইয়ুরিপিডিসকী নাট্যজগত্তা
হেরাক্লিসনা মচা হাৎখিবা
ইলেক্ট্রানা মমা হাৎখিবা—
মীওইবগী পুক্নীংনা
থম্মোই-লমদম য়োরক্লিংদৈগী লৌচৎনি।
নাস্তিক কবি মেম্মেরমসকুন্না
ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা নুপীবু নুংশিবনা
পুন্সিগী অথোইবা মহয়নি খনবা,
'হিংলিঙৈ মতম অদুমখৈ নুংঙাইনা হিংগদবনি
শেল পূরগা যী থক্নদবনি' হায়রবগী ফিদম—
থম্মোইগী অথুম্বা অঙৈংবা শাইগোন্দা চঙচুনা
মনুংগী অথুপ্পা নুংঙাইবগী মহাও
মীওইবা নঙনা তংদ্রিঙৈগী রানি।
অসিনি মীওইবা নঙগী পুক্নীং নঙগী লৌচৎ
অসিনি নঙগী পুন্সিগী শক্তম—
থম্মোইগী লমদমসু য়োরক্লিংদৈ
লোশিংগী মঙানসু শীল্লক্লিংদৈ
অমম্বা যুগ অদুদা।

## বসন্তগী বাঁশী

বুদ্ধ যীশুনা অহিংসাগী মন্ত্র শন্দোকপ্রবা
গীতা উপনিষদ বাইবল কোরাণগী
অশেংবা শৈরোল্লনা শৈনিন লাংপ্রবা
মীওইবগী পুক্নীংদা
থম্মোইগী নুংঙাও লাকখিবগা লোয়নননা
শাৎখি পাকচাউনা কোল্লবা রাখল অমা—
মীওইবা পুম্নমক্কী য়াইফনবরোমদা য়েংবা মীৎয়েং,
অরা-নুংঙাইগী মরক্তা হিংমিন্নবগী
নুংশি-মরী অমনা পুল্লবা পুন্সিগী শক্তম অমা।
বস্তুতন্ত্রগী চক্রদা উংবদা চোকথরবা,
যন্ত্রগী পুন্সি-মহৌংদা মশা খপ্পা ঙমদনা লৈরবা
নোংচুপ মায়কৈনস্থ থিখি মতমতুদগী
পুক্নীংগী পোথাক্তম অমা।
থিরি হৌজিকস্থ
শক্তিগী নাপলনা থুম্মৎলবা
লাকঙমদ্রবা ময়াইনা ঙাওরবা
লৌশিংগী লোম্নাইদ্রবা খোঙচত্তগী কৈদোক্তুনা
নাপল য়াওদবা ময়াই চেন্দবা
অশেংবা মঙানগী ঈচীকখোনবা লম্বী অমা।
হোমরগী হেক্টর একিলিস
আগামেমনগী ফিদম থাদোক্তুনা
রামচন্দ্র সীতা লক্ষ্মণ
যুধিষ্ঠির অর্জুন কর্ণগী ফিদম্থু
হৌখি থোঙ্গুল লৌবা,
ময়াইচেল্লবা লৌশিংনা

থম্মোইগী লমদমদা চওজবগী ইতিহাস
হৌখি মতমচুদগী।
দ্রোণাচার্যনা মথংগী নুমিত্তা
অর্জুনগী মখুত্তা তুরগনি খওনা খওনা
'লান্দা মায় পাকচরে' হায়না
অর্জুন্দা বর পীখিবা—
মীওইবগী গুণবু
পূম্নমক্কী ওইবা নুংফাও অমগী মনুংদা পুরক্কুনা
মপুং ফাহনবক্তনি থাদোকপগী ফিদম অমনা।

গ্রীসকী এটিক যুগতা
থম্মোইগী লৌশিংগী চিংনবা মুরুবগী মরক্তা
গ্রীস লৈবাক শীন্না
লৌশিংনা লৌচিং ওইবা
সভ্যতাগী ঈচেল অমা চেন্থরক্কুনা
আলেকজেন্দ্রিয়া রোম ইতালী ফ্রান্স স্পেন
লৈমরোল মথং মথং ফাওরক্কুনা
চেন্থরকখি ইংলণ্ডগী লমদম য়োনা।
তরামাপলগুবা শতাব্দী য়োরক্লবদা
ইংলণ্ডরোমদগী অমুক হৌখি চেনশিল্লকপা
নোংপোকলমদমগী মায়কৈ মায়কৈদা
লৌশিংগী থম্মোইগী থেঙ্গায়নবগী ঈচেল।
স্পানগী লন্দা ব্রাত্তপাদ্রেবা
নোংচুপ মায়কৈ শীন্না চেন্থরকখি অমুকস্ু
সমাজপুন্সিগী মায়কৈ পূম্নমক্কা মনীং তম্নবা,

পূম্না হিংমিন্নবগী ফিদম থাদোক্লবা
মশা মশাগী ওইবা পুন্সিগী ঈচেল অমা।
কুনশুবা শতাব্দীগী মরক্তা থাম্লকপা মতমসিদা
মরম্মাইগী ওইবা, নীংতম্বগী সুংঙাইবগী লেখোক্লবা
মমাংপা মচিনমনাও মরীমতা
অরা-সুংঙাইগী শরুক য়াম্লিমল্লবা,
সুংশিনবগী তংনবা য়াত্রবা চুম্লী অমনা পুন্দ্রবা
নোংচুপকী কাঙবুনা লোশিংগী মাপল থাদোক্নুনা
থম্মোইগী শাইগোন্দা চঙলগা
মসুংগী সুংঙাইবা, অঙৈংবা পুন্সি
থিরক্লবদা
মতমগী খোঞ্জেল পুক্লিবা
নোংপোক্কী সাহিত্য কাব্যগী ঈচেলনা
থম্মোই-লমদম্বু তুংওইনহন্না
চাংজো লুরবা লোশিংগী সরুংদা চঙহন্না
ময়ামগী ওইবা অপুনবা সুংঙাইবগী ফিদম থাদোক্লগা
মরম্মাইগী ওইবা মনীংতম্বা
অমগা অমগা তংনা-থানবা য়াত্রবা মরী অমনা পুন্দ্রবা
অমনা অমদা নক্লবা
অমনা অমগী য়েংল্লবা
নাইতোম ওইবা পুন্সিবু কোনবগী
সুর পুদুনা চেম্বরি।
শতাব্দী অসিগী সাহিত্য কাব্যনা তাক্লিবা
পুন্সিগী শক্তম অসিনা
পুন্সিগী অচুম্বা শক্তম ওইরবরা?

## কাপলরাজকুমার শৈফম

মসিনি হৌজিকী ৱাহং।
থম্মোইগী নমদনগী হেন্না নুংঙাইবা শিনবগীদমক্তা
লৌশিংগী মুক্রুংদা কৃষ্ণথদুনা
লোইবনাইদবা ৱাহংগী খোঙচত্তা চংপাসিনা
পুন্সিগী খোঙচৎ ওইকম খোঙনবা ?
মসিনি বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
নুমিৎচুপ্পা খোয়রাঙজরিবা।
লৌশিংগী চাংজো ফংদুনা
খোঙচৎ অসিনা করিগুম্বা
খোক্লবদি মতোল্ল লোমখিবা
কদোমদনো চপ্পগদৌরিবা ?
মসিনি তুংগী ৱাহং—
বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
লাক্লিবা মতমগী মায়বৈদা
খৌরাংনা য়েংদুনা লৈজরিবা।

হেন্না ফজবা পুন্সি
হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি-মহীং
হেন্না ৱাংবা চাওখৎপগী থাক—
মসিদগী হেনবা করি, মসিদগী হেনবা করি
অহেনবা কদায়, অহেনবা কদায় -
অসুম তোনা থিদুনা
লোহবা নাইদনা চৎলিবা খোঙচৎ অসিদা
থম্মোইনা লৌশিংদা
লৌশিংনা থম্মোইদা

হংলি তৎপা লৈতনা
মীওইবগী অরোইবা পন্থুং।
অদুবু লৌশিংগী রাংমদা থম্মোইগী রাংমদা
লাম্লোকপা ঙমদবা মীওইবনা
ফংলম্বিগদ্রা কারিগুম্বদা মসিগী পাউথুম ?

হে মতমগী সাহিত্য
অনৌবা যুগকী অনৌবা কাব্য
রাহংগী লবাক্তা পাউথুম থিরিবা
ছন্দগী রাংমদা নঙদুম থিরিবা।
লৌশিং থম্মোই অনীগা
হিন্নফম তীর্থ অমা শেম্বদি
ঙম্নরোইদরা মীওইবগী পুন্নাংদা—
অরোইবা পাউথুম অমত্তং ফংনবা,
তেংবানবা শান্না
পাউথুমগী মতান অমত্তং চাইননবা ?
হে মতমগী কবি
তেংবানবনা পামিবর্দ পাউথুম্নি পন্থুংনি,
পন্থুং য়োরগা নুংশাগমিন্নবনি হিংমিন্নবনি—
রাহং নত্তে নুমিৎচু ইখোলাংবা নত্তে,
...মোইগী রাথলদা পেন্দুনা
...লম্বীদা চৎপা নত্তে।
অদুনা ... ঐগা বাঁশীনা
কবি... রবিংগী নমদমসিদা লাক্কুনা
পাউথুম... কংজার খোরা না।




---